

টেঙ্গিংই [illegible]

শ্রীকৃষ্ণ লীলা

# শ্রীশ্রীরাধা গোবিন্দ নিত্য লীলা

অইবা

শ্রীহুইদ্রোম ভরত (ভুবন) সিংহ

[illegible]

## শ্রীকৃষ্ণ লীলা

## শ্রীশ্রীরাধা গোবিন্দ

# নিত্য লীলা

শ্রীশ্রী রাধাকৃষ্ণয়ো রষ্ট কালিয় লীলা স্মরণ মঙ্গল স্তোত্রং।
শ্রীমদ্‌রূপ গোস্বামী বিরচিত।

শ্রীরূপ গোস্বামীনা ইবা রাধা গোবিন্দগী অষ্টকাল লীলাবু
তোল্লবা ননাইনা কৎচরি — শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী শ্রীচরন্দা

হুইদ্রোম ভরত (ভূবন) সিংহ

**NITYA LEELA**

*(Author by* ***Huidrom Bhorot (Bhubon) Singh,***
*Chingamathak Nameirakpam Leikai)*

**নিত্য লীলা**

অইবা হুইদ্রোম ভরত (ভুবন) সিংহ
চিংঙামথক নামৈবাকপম লৈকাই



অহানবা ফোঙবা ঃ মার্চ, ২০১১ ইং
কোপী মশিং ঃ ৫০০ (চামঙা)
মমল ঃ লুপা ১০০/ (চাম্মা)
কোভব অইবা
অফোঙবা ঃ হুইদ্রোম নিংঙোল থাবা দেবী
হুইদ্রোম নিংঙোল মেনকা দেবী
হুইদ্রোম নিংঙোল রেবতী দেবী
চিংঙামথক নামৈবাকপম লৈকাই



নাম্বম লমযানবা প্রিন্টস, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।


ওঁ ব্রহ্মানে নমঃ
ওঁ পরমাত্মনে নমঃ
ওঁ ভগবতে নমঃ
ওঁ বিষ্ণবে নমঃ
ওঁ শ্রীকৃষ্ণায়
বাসুদেবায়
দেবকী নন্দনায়
নমো নমঃ



যুগল মুর্ত্তি



বংশীধারি শ্যাম



সখীশিংগী সেবা

ওঁ

# নিত্য লীলা

শ্রীরাধা গোবিন্দগী চরন্দা,
কচ্চরি নিত্য লীলাগী লাইরিক।
করি খণ্ডজদ্র তোল্ল ননাইনা,
ইজবনি শ্রুতি কয়াদগী।

কুঞ্জে খুদিং শান্নবা লীলাদৈ
খোমজিঞ্জে অমৃত হেনবা প্রেম রস।
শাৎলিবা লৈরাং লৈকা খুদিংদৈ,
হয়িং খোইগুম্ লৈহী থীজিঞ্জে।

মপান নাইদ্র রসনা ঈচেল ওইবা,
শ্রীকৃষ্ণ লীলা খণ্ডগনি কনানা।
জ্ঞান মপুং ফাদ্র ননাই' ইজবা,
হৈত্তবনি খন্না লৌবিয়ুকো।

লাপ্না দর্শন তৌজৈ শ্রীবৃন্দাবন,
ভান্দিরবন তালবন লীলা শান্নফম।
যমুনা লিক্লাংগুম কোইনা চেল্লিবা,
গোবর্দ্ধন তময়া শান্নবুং শঞ্জাবুং।

লিরি মালং হুমলিবা থম্মোইদা,
খোইমুনা থম্বাল লৈহী চুপলিবা।
চোংঙা, তেনবা, কোকিল রাহোংনা
(য়েংজৈ) য়াওজৈ ইবুংঙো ইবেম্মে লীলা।।

# থাহৈ খরদং

মাননীয় হুইদ্রোম ভরত সিংহগী শ্রীরাধা গোবিন্দগী নিত্য লীলা গ্রন্থ লাইরিকসি হৌবদগী লোইশবফাও পাজরে। য়াম্না মধুর ওই নিংজৈ, থাগৎচরি, মতম কুইনা পুন্সিদুনা শ্রীগোবিন্দজি সেবা ফংবিয়ু (ফংহনবিরকসনু) হায়না প্রার্থনা তৌজরি।

ইরিবা অসি কাব্যগী মওংদনি য়াম্না ফজরে ঈশৈগী শুর পানবদা খুদোংচাবা পোক্কনি।

*ব্যবস্থাকারি*

**শ্রীফুরাইলাৎপম ব্রজবিহারী শর্ম্মা**

স্মৃতি — ব্যাকরণ কর্ম্ম কাণ্ড

ধর্ম্ম শাস্ত্রী

শিংজমৈ বাইখোম লৈকাই।

তাং ১৪/২/২০১১

# ৱাহৌদোক

**ওঁ নারায়নং নমস্কৃত নরঞ্চৈব নরোত্তমম**
**দেৱীং সরস্বতীং, ব্যাসং — ততো জয়মুদীরয়েৎ।**

**বন্দে কৃষ্ণং গুণাতীতং পরং ব্রহ্মাচ্যুতংযতঃ।**
**আৰ্বিভূবুঃ প্রকৃতি ব্রহ্মাবিষ্ণু শিবদায়ঃ**

ৱাহৌদোক্কা ইরোইননা করিগুম্বা খরদং থমজরি।

১) শ্রীকৃষ্ণ কনানো? অদুগা ব্রহ্ম হায়বসিনা করিনো?

২) ঙমখৈ লৈত্রবা ব্রহ্মাণ্ডনা করিনো, করম্না ওইখ্রিবনো?

ব্যাস দেবনা ইখ্রবা ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরান ব্রহ্মখণ্ডদা অসুম্না ইরি ঃ-

ঙমখৈ লৈত্রবা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডসে,
পুমহাঙ হাঙলম্মী অকি তুজুং' থল্লম্মী।
অমুক মম অমুক ঙান লোইখম্বা নাইদনা,
শন্দোকখ্রি মঙাল মপৈ মপৈনা।

পরং ব্রহ্মদগী হৌরকপা মঙালনা,
ব্রহ্মাণ্ড পূম্বসে পুমঙাল ঙানখিরম্মী।
মশক্তি উদে মঙালদি ফংহল্লে,
মাঙবা নাইদ্রবা শকওং লৈত্র' ব্রহ্মানি।

অঙকপনা থনবা মাগী জগৎনি,
ৱেদনা বিজ্ঞান্না খণ্ডবদা ৱারবা।
অকুপ্পা অপৌবা অমাফাও লৈতবা,
মালং ঈপাক্লা ব্রহ্ম মাগী লৈফমনি।

ব্যাখা — সৌতিনা হায় তাবিয়ু ব্রহ্ম সভা পুম্নমক
নিরাকার ব্রহ্মনা মশক মওং নাইরগে খল্লকলে।

ঈশ্বর পরমঃ কৃষ্ণ সচ্চিদানন্দ বিগ্রহঃ
অনাদিরাদি গোবিন্দঃ সর্ব্বকারন কারনম।।

(ব্রহ্মসংহিতা ৫ম অধ্যায়)

বাখ্য — খ্বাইদগী অহানবা পুরুষোত্তম শ্রীকৃষ্ণনি, মাগী মমিংদি ঈশ্বরসু কৌই অমসুং গোবিন্দসু কৌই। অরেপ্পা, অখণ্ডবা মথন্তা নুংঙাইজবা, জগৎকী মরম পুম্নমক পুথোকপা — সর্ব্ব শক্তিমান সর্ব্বব্যাপী অমসুং সর্ব্বজ্ঞনি।

# গোলোকনাথ শ্রীকৃষ্ণরূপ

পরং ব্রহ্মনা মশক মওং নাইগে খন্দুনা,
লৌবিরে নুংশিবা পুক্লিং হুবা মুর্ত্তি।
চহি তরাতরুক্কী বয়স শক্তমনি,
শ্রীকৃষ্ণনা ঙাল্লে জগৎ ব্রহ্মণ্ডদা।

অতিয়া কুচুনি নৌরবা মাইথোংনি,
চেংল খ্বাংদা স্না ফিগে থোনবনি।
মনি রত্ন মুকুটনা (লুহুপনা) কোক্তা উপলিবা,
খুত্তা বাঁশী পায়বা, শুমহৎপা শক্তমনি।

শ্রীঅঙ্গ পুম্নমক্তা কস্তুরী কুম কুম
থশ্মোইবু পেৎহনবা শ্রীঅঙ্গ গন্ধনি।
মনি মুক্তা স্নাগী লৈতেং খিবিক্লা,
মঙ্গম চানা চানা থোল্লি ইরং লংনা।

থম্বাল লকানা তাংজবা মিৎস্নানি,
থৌজাল মিৎয়েংনি ভক্তবু চানবিবা।
নিংথিবা থবাক্তা কৌস্তুভ মনি,
বন মালানা হাই হুন্না ফজবা।

ইবুংঙো মাবু বৈজ্ঞানিকশিংনা ব্রহ্ম কৌই, ব্রহ্মদি মশক মওং নাইদে, যোগীশিংনা পরমাত্মা কৌই অমসুং ভক্তশিংনা ভগবান কৌই। ঈশ্বরগী ইচ্ছাদগী পুর অহুম শেমলে মথংশিংনা গোলোক; বৈকুণ্ঠ অমসুং কৈলাস। ভুবন অহুমসি সুন্দ লৈ, লেঙদনা লৈ। গোলোক ধামগী পাক চাওবদি মাইকৈ মরিদা যোজন কোটি য়াঙ্খে পাক চাওই। স্না মনি মুক্তাতনা শাবা মণ্ডিরনা থন্না লৈতেংই। মদুবু উরুবদি হায়রুনু ব্রহ্মা শিবনফাওবা উবা ফংদে।

গোলোকতুগী মখাদা ওই য়েত্তা যোজন কোটি য়াষ্খে লাপ্পা বৈকুণ্ঠ পুরী কৈলাস পুরী লৈ। পুরিং হুনা ফজবা পুরীঙাক্তনি। যোজন কোটি অমনা কোয়বা সুন্দা লেংদনা লৈবা লক্ষ্মী নারায়ন্না ঙান্দুনা লৈবনি। পাম্বোম মরি পানবা মনাইশিংনা অশি অনা য়াওদনা সুন্দা ঙান্দুনা লৈবা বৈকুণ্ঠ ধামনি। বৈকুণ্ঠগী ওইথংবদা শিবলোক কৈলাস ভবন লৈ য়াম্না ঙাল্লি ফজদুনতা লৈ, লেংদনা সুন্দা ঙান্দুনা লৈবনি।

সৌতিনা হায় তাবিয়ু মুনি সভা পুন্নমক। শ্রীকৃষ্ণনা সংসারগী কারন ওইবা মচাকশিং মৈ ঈশিং নুংশিৎ অতিয়া লৈবাক গ্রহ ময়াম পুথোকখি। ইবুংঙোনা বিষ্ণু অহুমগী শক্তম লৌখি। মদুদি (১) মহাবিষ্ণুনা মহৎতত্ত্ব কৌবা ভৌতিক শক্তি মপুমসি শেম্মী, (২) গর্ভদকশায়ী বিষ্ণুনা ব্রহ্মাণ্ড খুদিংমক্তা মখল মখা অয়াম্বা শেম্নবা চঙঙি। ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণুনা পরমাত্মা ওইনা ব্রহ্মাণ্ড পুন্নমক্তা শীঙ্খুংনা লৈ। ইবুংঙোনা মপান নাইদনা চাওবা শক্তি লৈবা অনন্ত ভগবানপু পুথোকখি। শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গদগী শিববু পুথোকখি অদুগা ব্রহ্মানা খোইদৌ থম্বালদগী। শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিরে ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বরদা — নখোইনা ব্রহ্মানা অচৎ চত্তা জীববু শেম্মু মমা লক্ষা ৮৪ শেমদুনা অদুগা বিষ্ণুনা জীববু য়োকপীগনি অমসুং জীব খুদিংদা আত্মা ওইনসু লৈবিগনি অদুগা শিব নংনা অমুক অমুক জীববু মাঙহনগনি অমসুং প্রলয়দা য়াওগনি। শম্না হায়রবদা শেম্বীবা য়োকপীবা মাঙহনবগী থবক পাঙথোকউ নখোই অহুমনা।

শ্রীকৃষ্ণনা প্রকৃতিবু পুথোকখি লোইননা রাধা, লক্ষ্মী, দুর্গা, সরস্বতী অমসুং সাবিত্রিনচিংবা। শাংনা ইজররোই, রাধাগী মরমদা খরদং ইজগে।

শ্রীকৃষ্ণগী ওইথংবা হকচাংদগী পরাপ্রকৃতি ওইবী রাধাবু পুথোকখি। ইরেশ্মদি প্রেমগী মুর্ত্তিনি। দেবী খুদিংমক্তা মানা হেনবিনী। শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী রাসকী মরেশ্মনি; হায়না রাধা থোনখিবনি।

**বেদান্তনা হায়রি —**

**"শক্তি শক্তি মতোর ভেদ"**
শ্রীকৃষ্ণনা শক্তিমান্নি অদুগা রাধানা শক্তিনি।
হায়বদি শক্তিগা শক্তিমানগা করি অমত্তা খেন্নদে।

ভাগবততা লৈরিবা ঐশ্বর্য্য মখল তরুক্কী মরেশ্মা
সর্ব্বশক্তিময়ী শ্রীমতি পরা প্রকৃতিবু লীলাগীদমক ভক্ত —
বৈষ্ণবশিংনা "রাধা" হায়না অরাধনা তৌজবনি
ভক্তি মার্গগী অরোইবনি শ্রীমতি রাধা বৃন্দাবনেশ্বরী।

**ব্রহ্মবৈবর্ত্ত প্রকৃতি খণ্ডদা —**

**রমণং কর্ত্তুমিচ্ছুচ্চ তদ্বভূব সুরেশ্বরী।**
**ইচ্ছায়াং চ ভবেৎ সর্ব্বং স্বেচ্ছাময়স্য চ ।।**
**এত স্মিহন্তরে দুর্গে দ্বিধারূপো বভূব সঃ।**
**দক্ষিনাঙ্গাশ্চ শ্রীকৃষ্ণো বামার্দ্ধাঙ্গ চ রাধিকা।।**

ভগবতী দুর্গানা অমত্তা ওইবা ইবুংঙোনা অনি করম্না ওইখিবা হংজখি। সদাশিবনা হায়খি, — হে পার্ব্বতী! পরং ব্রহ্মনা মতোমতা লৈরম্বদগী শ্রী অঙ্গ অদো অনি থোকখি। য়েৎ থংবা হকচাংনা শ্রী কৃষ্ণ ওইখি অদুগা ওইথংবা হকচাংনা শ্রীমতি রাধা-ঠাকুরানি ওইখি। ইবেম্মদি প্রেমগী মশকনি, জগৎ শুমহৎপা শকফমনি। মহাভাব স্বরূপীনি ওইবনি। অদুগী তুংদা মশিং থাঙমদ্রবা ব্রহ্মাণ্ড কয়ানি মথং মথং জীব মখল কয়াগা লোইননা ওইরকখিবনি। শ্রীমতি রাধানা পরাপ্রকৃতি ওইবনা মানা পঞ্চভুতনি অদুগা কৃষ্ণনা আত্মানি। ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরান্দা হায়রি —

শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদগী পুথোকখি কামধেনু সুরবীনচিংবা শনগী মমা অদুগা শংদোকখি শনয়াম। গোপ রাখালশিং মশিং লাকঙমদনা পুথোকখি। ইবেম্মনসু মাগী অঙ্গদগী পুথোকখি সখী নিপাল লীলাগী মতেং পাংনবা। লাই কোটি কুপ্থাহুমদোইসু পোকখি। ঐনা খবদং পঞ্জবতনি। মৈ ঈশিং নুংশিৎ গ্রহনচিংবা অকুপ্পা অপৌবা পোৎ পুম্নমক শেনখি প্রকৃতিবু পুথোক্লুনা, মহা বিষ্ণুগী শক্তম লৌবিদুনা।

মতম হায়বা লৈতনা ভান্দুনা লৈখি গোলোক ধাম; লৈরাং মখল শুনা শাৎখি কৃষ্ণ হায়বা লৈতনা। খোঙ্গিমুনা ঙংই নিংথিনা ফগাইনা শাৎলবা লৈরাংশিংদা। চেক্লা শঙ্খ শঙ্খ চাকতাখি মন্দাকিনি গঙ্গাদা নোংথক্কী উচেক অমসুং লৈমাইগী উচেক্লা ইরোইদুনা শান্নখি। বাতোং, কোকিল, তেনবা উচেক্কী জাৎ শুনা মখল মখা অয়াম্বা মচুনা থল্লবা য়েংবদা মিৎ পেন্নবগী মশক ওইবা। নামিবা নুংশিংনা লিরি খোংদোই হুমদুনা নুংশিবা হৈনম লৈনম পুদুনা মপুগী শ্রীঅঙ্গদা থৌগল্লি। কুঞ্জ কুঞ্জ কয়া হৈরাং লৈরাংতনা থন্না হৌরিবা। ফজরবা মন্দির মনি রত্নন শারবা পরেং পরেং নুমিৎ মঙালগুম ইঙাল ঙাল্লবা কবি কয়ানা থাবদা ঙমদ্রবা শ্রীরাধা গোবিন্দগী গোলোক ধামনি। গোলোক বৃন্দাবনগী কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদা, সখীশিংগা লোইননা ইবুংঙো ইবেম্মনা শান্নখি শ্রীমতি রাধাগী মনিং খুংনবা অমদি সখীশিংগী প্রেম সেবা ফংজনবা।

শ্রীকৃষ্ণনা খল্লি ঐনা ব্রহ্মাগী শক্তম লৌদুনা জীবশিংগী মমা লক্ষ্মা ৮৪ শেম্মী। জীবশিংগী মনুংদা মীওইবনা অথোইবনি। কৃষ্ণ ঐদি কলা ১৬ না সমপুর্ন ওইবনি

অদুনা ঐশ্বর্য্য তরুক্কা তিনবনি জগৎ শেম্নবা। মীওইবা কৌবা অসিগী হকচাংদি কৃষ্ণ ঐগী শক্তমগা চপ মান্নে। মখোইদা কলা ৪/৫ দি চংই অদুগাঅফ-ফত্ত খনবা ঙম্নবা লৌশিং বুদ্ধি অমসুং জ্ঞান পীরি। তৌইগুম্বসুং লুরিবদি মীওইবসে পাপ, পুণ্যগী লোংউপ্না উপতুনা থম্বগুম্মী। সংসারগী মচাক ওইবা সত্ব: রজ: তম: কৌবা গুণ অহুমনা মখোইবু ঙাওহল্লি। অসিগীসু মথক্তা ফএবা য়েক্লবা রিপু তরুক্কা মখোইবু লাঙ্গোই চলশিলহল্লি। মখোইদুদি কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ, মাৎসর্য্যনি। পুন্নমক অসি পুক্লিং লাকশিনবা ঙম্নবা মতমদা কৃষ্ণ ঐবু মখোইনা ফংজগনি। অদুগী মথক্তা উঙমদ্রবা কৃষ্ণ ঐগী রূপ রস গন্ধ স্পর্ষ অদুগা ঐগী নুংশিবা থৌজালগী ৱাঙাংসু জীবশিংনা তাবা ফংজদে।

কুইখ্রবা মতম অমগী ৱানি মদুদি ব্রহ্মা বিষ্ণু শিব অমদি লাইয়ামগা লোইননা, পৃথি মাতানা শম্বী শক্তম লৌদুনা গোলোক্তা কৃষ্ণ ঐগী লৈফমদা লাকখি। ব্রহ্মানা ৱাকৎখি পৃথি মাতাসে পাপকী অরূম্বনা পুবা ঙমদরে। "পৃথিবীদা লৈবিবা নিংথৌশিংনা প্রজা পালন নিংথিজনা তৌদরে, লমচৎ ফত্তবা দুরাচার ওইরে, মীগী মপোৎ লৌশিং চানিংবনা মখোইগী মথৌ ওইরে, সংসার শেম্বীবা দেবা দেবীশিংবু পুজা, সৎ কর্ম্ম নিংথিজনা তৌদরে"। লাইয়ামশিংগী বা মুন্না তাবিরবা তুংদা পরমেশ্বর ভগবান্না তাকপিখি হে ব্রহ্মা লাইয়াম পুন্নমক হে পৃথি মাতা নখোই লোইনা হল্লো মদুদি কৃষ্ণ ঐনা ২৮ শুবা মন্বন্তরগী দ্বাপর যুগতা মথুরা, বৃন্দাবন্দা অবতার তৌগনি মদুদা পৃথিগী ভার অরূম্বা কোকপিগনি। জীবশিংগী কল্যান (মঙ্গল) ওইবা লীলা কয়া শান্নগনি।

লাইয়াম্না হনখ্রবা মতুংদা ভগবান্না খল্লি মদুদি মীওইবগী থাইদগী মরু ওইবদি প্রেমনি। অমগা অমগা নুংশিনদ্রবদি সংসারদা জীবনা শান্তি ওইনা করম হিংগনি।

ভগবানগী ইচ্ছা কনানা খঙগনি, সিদামগী শাপতা থংজিন্দুনা লেংঙকনে কৃষ্ণ কংসগী করাগাড় কৈশুমশংদা থবান থাগী শিংরকপা নিপাল্লি পানবদা শ্রীবিষ্ণুগী রূপ লৌদুনা খুত্তা শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম থোন্না দেবকী বসুদেবগী মচা ওইনা অদুগা অঙাং ওন্দুনা তারে ফুইনা হৌবা নোংহৌ কুচুবু ঙমজনা অদুগা বসুদেবনা থৈখরে বাসুদেব কৃষ্ণবু গোকুল নন্দগ্রামদা অঙাং উনরিবা যশোদাগী তুমফমদা। যশোদাসু মচা ফাইবোক পোকলম্মী কৃষ্ণ অমসুং যোগ মায়া। যশোদাদি মচা ফাইবোক পোকই হায়বসু খংদে তুমদুনা লৈখিবনা যোগ নিদ্রাগী শক্তিনা। দেবকী মচাবু যশোদাগী নাকন্দা হেক থম্বদা কৃষ্ণ অনিদো অমত্তা ওইখরে। (হরিবংশ পুরান)

ইবেম্মা রাধাসু বৃষভানুগী মমোম ওইনা লাংওল্লরে। অদুবু ওম্বোকপনি সিদামগী শাপ মতুং ইন্না ইবেম্মদি শ্রীকৃষ্ণবু লোন্না লোন্না সেবা ফংজবা তাবনি। শাপকী মরোলদি (১) ইবেম্মা নং গোপী নিংঙোল ওইনা পোকউ, (২) মীগী নুপী ওইয়ু, (৩) বিরোজা সখীগা কৃষ্ণগা লোন্না লোন্না উনবগুম নংসু কৃষ্ণবু লোন্না উন্নৌ, (৪) ইবুংঙোগা নংগা চহি ১০০ কায়নৌ। অসুন্না ইবেম্মসে য়াম্না নৌনা চৎনবীগী মতুং ইন্না নপুংশক আয়ন্দা বিবাহ তৌদুনা পীখি যাবট গ্রামদা। আয়ন্না ইবেম্মবু মাগী ভায্যা ওইনা খন্দে। লক্ষ্মী ওইনা লাৎচবনি। মতুংদা রাধানা মবুংঙোগী সেবা ফংদবদা অৱাবগী ঙমখৈ লৈখিদে, তোপ্না তোপ্না লৈদুনা কৃষ্ণ কায়নবগী প্রেমগী মৈচাক ফংলেদো গোলোক্তা কৃষ্ণগী লোইনবী ওইরম্বী রাধা। কায়নবা য়াদ্রবা রাধা কৃষ্ণনি। প্রকৃতি পুরুষ অনিনা শেম্বা জগৎ সংসার পঞ্চভুতনা রাধানি কৃষ্ণনা জীবগী আত্মানি। ইবেম্মদি শ্রীকৃষ্ণবু নিংজবী প্রেম ময়ী মহাভাব স্বরুপ ওইবীনি। মিকুপমক্তং উদবদা কৃষ্ণবু, যুগ কয়াগা মান্নরবী রাধানি। ইবুংঙোসু ইবেম্মবু উদবদা লৈফম খংদবনি। গোলোকনাথ কৃষ্ণনা রাধাগা অমদি সখীশিংগা লোইননা বৃন্দাবনগী কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদা নিত্য লীলা প্রেম কেলি ওঙনা শান্নখি। রাস হায়বদি রসনা থল্লবা লীলা কামগী অপাম্বা য়াওদবা রাধানা মবুংঙো কৃষ্ণবু পেল্লগা লোইরে খঞ্জবনি। ইবেম্মদি প্রেমগী মুর্ত্তিনি, মহাভাব স্বরুপীনি কৃষ্ণগী প্রেম ঈপাওনা তাওরবীনি। ব্রহ্মা শিব অনন্তনা জগৎকী মমা প্রকৃতি শক্তম ওইবী রাধাগী রূপ দর্শন অমুক্তো ফংজগে খনবদা ফংঙমদ্রবনি। ইবেম্মা রাধাগী প্রেমদা ঙাওরিবা জগৎকী মবুংঙো শ্রীহরিনা জগৎকী কল্যান মঙ্গলগীদমক ইবুংঙোনা কলা কয়া পৃথোক্লুনা রাস লীলা শান্নরি। রাস লীলা লোইরবা মতুংদা মশা মশাগী শঙ্গাইদা অমুক অমুক হন্নরি। ইবেম্মগী থম্মোইসে পুবা ঙমদনা খাঙফম খঙদনা শ্রীকৃষ্ণবু কৌদুনা কপচখি --- "হা কৃষ্ণ নুংশিথোইবি রাধাগী মবুংঙো নংগী লীলাসিদি অঙকপগী মশকনি। ননাই রাধাবু মীগী নুপী ওইহনবা করি ধর্ম্মনো? মিকুপমক্তং উদবদা নংবু যুগ কয়াগা মান্নোনে রাধানা। নন্দগী শঙ্গাইদসু শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগী প্রেমগী মৈরিনা চাক্লুনা লৈফম খঙদে। অসুমনা ইবুংঙোনা যন শেন্না শেন্না নিত্য লীলা শান্নখী। রাধাগী প্রেমতবু ইখৌলাংদুনা মরুপ সখা সুবলবু রাধাগী ময়ুম যাবট্রা রাধা লৌরুনবু থাখি। সুবলনা রাধাগী ফী শেত্তুনা লৈহৌই, রাধাগী য়ুমদা অদুগা রাধানা সুবলগী ফী শেত্তুনা লাক্লগা শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীকুণ্ডদা উনৈ মসিবু সুবল বেশ কৌই। উনবতনা প্রেমগী মৈচাক অমুক অমুক কোকই। ইবুংঙো ইবেম্মগী লীলাদি মপান নাইদে। উনদবা, কায়নবা, প্রেমগী মৈচাক, উৎকণ্ঠা, বিপ্রলব্ধ, শয্যা সাজল, শয্যা উঝার, খণ্ডিতা মান ভজন, গৃহগমন নচিংবা ইবুংঙো ইবেম্মগী লীলানি। রাধা কৃষ্ণগী যুগল মুর্ত্তি ওইবা স্নাগী কুচুনা লৈতেংবা

শ্রী গৌরাঙ্গ প্রভুনা রাধা গোবিন্দগী শান্নবা লীলাবু তত্তনা শোঞ্জরি অষ্টকাল লীলা শক্তুনা। শ্রীগৌরনা শকলি "গোলোকের গোপন ধন আনিয়া অবনিতে সুধ নামামৃত জীবেরি যাচিয়ে নাম য়াচেদিয়ে কিয়া নন্দে" জয় শচীনন্দ দীণ করুনৈখা করুনা ময় হে দীণ বন্ধু।" অদুবু জগৎকী মপু হরিনা রাধাগী প্রেমদা ঙাওরি। নাম প্রচারক শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভূনা শকচরি অরাংবা শুরদা কোকিলবু ঙমজবা খোঞ্জেলনা —

## ঈশৈ (নাম প্রচার)

গোলোক্কী তাঙলবা লল লোত্নুনা লৈবা
পুরকখি হরিনা জীবদা য়েন্নবা।
রাধা কৃষ্ণনা পূল্লবা গৌরাঙ্গসে.
হরি নাম শক্তমনি সঙ্কীর্তন শন্দোকপা।

তাকপিরকই গৌরনা হে কলি জীব.
লৌরো রাধা কৃষ্ণগী নাম লেমনা লেপ্পা।
হরিনাম মহা মন্ত্র অথোইবা নাপ্পু
শোল্লু তত্তনা কোকখিনি পাপকী মৈচাক

শোঞ্জরগা জীবনা নামামৃতবু
লৈররোই যমগী কল্লবা রায়েন চৈরাক।
তাপ অহুমগী সংসারগী মৈচাক মাঙখিনি
থাবল মঙালদা থরোনা শাৎচনওম।

# ঈশৈ

জয় ওইরি শচীগী মপারি গৌরনা
তোল্লবগী মবুংঙো বিশ্বম্ভরনা
থৌজালগী মশক উপাই নৈত্রবগী উপাই,
নংতনা ওইরি হরিগী গুণ তাকপিবা।

নন্দগী মচানা শিক্ষা দীক্ষা গুরুনি,
ভজন সাধন তত্ত্ব জ্ঞান তাকপনা নংনি গৌর।
লানাওমদ্রা ঈপাক্তো কনা উরক্লবদা,
নংতনা তাকপি মাইকৈ ধ্রুব তাবাগুম।

চংজরি চরন্দা হা গৌর নুংশিবা
তাকপিয়ু জীবত্মাগী অরোইবা লম্বী।
[illegible] হরিনাম হীথক্তো নাইনা,
পুথিয়ু হা গুরু পূন্য ধাম য়ৌনবা।।

গৌড়িয়া সামপ্রদায়গী ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা শ্রীগৌরাঙ্গগী চরন থম্বালদা চংজদুনা লৌজরি সাধন ভক্তি মার্গ লম্বী শ্রীরাধা গোবিন্দগী তাঙলবা হরি নাম মন্ত্র লৌজরি প্রেমামৃতবু থকচরি ইখৌ লাংলবা তাইবং জীবনা কোকচরি পাপ মপৈ মপৈবু অকংবা শীংনা পাপ ওইরগা হরি নামগী মৈনা চাকথেকলি।

চংজরি রূপ মঞ্জরীগী চরন্দা সখীগী অনুগা ওইনা শ্রীরাধা গোবিন্দগী নিতি প্রেম সেবা ফংহনবিয়ু হায়না আত্মা স্মর্পন তৌজরি।

## লালসা অমত্তং ইজরি

শ্রীরূপ মঞ্জরীগী খুয়া থম্বালনা,
ঐগী ইরন্নি, ভজন পুজাসু নংনি।
থবাইবু কুপশিনবা, ফিজোন্নি হকচাংনি,
থবাইগী থবাইনি সেবা লমজিংবনি।

ভক্তি তাকপিবা নিংবা থুংহনবা লন্নি,
নংতনা ওইবিরি বেদগী ধর্ম্মসু।
ব্রতনি, তপনি, মন্দ্র জপনি, কর্ম্মনি,
বিধিনা তন্নদি উগনি খুয়া খাদু।

থবাইগী থম্বালনি থাজগী থরোনি,
হে রূপ মঞ্জরী! নংনি পুন্নমক।
উদবদা নংবু লিন্না চিকপগুমলে,
হকচাংসে চাকথেকলে থবাইসু চাকথেকলে।

চংজরি নরোত্তম্না নখোং নরুমদা,
লৈজগে থৌজানবিয়ু পীনৌনে দর্শন।।

## অষ্টকাল লীলাবু নিংশিংজবা

### শ্রীরাধাগোবিন্দবু রাগ অনুরাগতনা নিংজগদবা ওই

শ্রীরাধা প্রাণবন্ধো শ্চরণ কমলয়োঃকেশ-শেষাদ্য গম্যা;
যা সাধ্যা প্রেম সেবা ব্রজচরিত পরৈ র্গাঢ় লৌল্যৈকলভ্যা।
সা স্যাৎ প্রাপ্তা জয়া তাং প্রথয়িতু মধুনা মানসী মস্য সেবাং
ভাব্যাং রাগধ্ব পান্থৈ র্ব্রজমনুচরিতং নৈত্যিকং তস্য নৌমি।।

মণিপুরার্থ — শ্রী রাধাগী মবুংঙো শ্রীগোবিন্দগী চরন থম্বালগী সেবাদি ব্রহ্মা, শিব, শেস অনন্তর্নচিংবনসু ফংঙমদবনি। মাদুদি ব্রজ লীলাদা অনুরাগী ভক্তশিংতনা চেৎশিন্না পামজবতনা ফংজবা ওই।

প্রেম সেবা অসিবু ফংহল্লিবা অদুগুম্বা মানসিক্কী সেবা চিন্তা প্রণালীদু বিবৃত্তি তৌদুনা হায়নবগীদমক শ্রীগোবিন্দগী ব্রজ বিহার কালগী দৈনন্দিন চরিত্রবু (নিতিগী নিয়ম) প্রনাম তৌজরি। অসিবু রাগনুগা মার্গগী ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা থম্মোইদা নিংশিংনরি।

শ্রীরূপ গোস্বামীনা ইবা অপুনবা লীলা সুত্র

কুঞ্জাদ্গোষ্ঠং নিশান্তে প্রবিশতি কুরুতে দোহনান্নাশনাদ্যা
প্রাতঃ সায়ঞ্চ লীলাং বিহরতি সখীভিঃ সঙ্গবে চারয়ন্গাঃ।
মধ্যাহ্নে চাথ নক্তং বিলসতি বিপিনে রাধয়াদ্ধা পরাহ্নে,
গোষ্ঠং যাতি প্রদোষে রময়তি সুহৃদো যঃ স কৃষ্ণোহবতান্নঃ।

মণিপুরার্থঃ — নিশান্তদা ইবুংঙো ইবেম্মনা মাগী মাগী য়ুমদা হজিল্লক্কুনা চেপলৈ। প্রাতঃ কাল (অয়ুক্তা) অমসুং সন্ধ্যা কালদনা শঙ্গোম শুমই অমসুং য়ুমদা লাক্লগা ভোজণ (লুক) হায়। পূর্ব্বাহ্নদা সখাশিংগা লোইননা ষন শেন্ন-শেন্না মখল মখলগী কুম্মৈ শান্নৈ। মধ্যাহ্নদা রাধারানীগা লীলা কয়া শান্নৈ। অহিংগী মতমদনা নিকুঞ্জদা ঊনদুনা বিলাস তৌই। অপরাহ্নদা গোষ্ঠদা হল্লকই। সায়হ্নদা সখাশিংগা শান্নমিন্নৈ, প্রদোষদা প্রিয়সখাশিংগা চামিন-থকমিন্নৈ। অস্তকাল লীলা পুম্বসিবু নিতিগী শান্নরিবা রাধা কৃষ্ণনা ঐখোয় পুম্বদা কৃপা তৌবিবা ওইসনু।

# কাল নিপাল তাকপা

## (১) নিশান্ত লীলা

**নুমিৎ থোকপগী মমাং পুং ৩-৩৬ মিনিট তগী**
**অয়ুক পুং ৬ ফাওবা লীলা (অহানবা কাল)**

রাত্র্যন্তে ত্রস্ত বৃন্দেরিত-বহুবিবৈ র্বোধিতৌ কীর শারী,
পদ্যৈর্হৃদ্যৈরহৃদ্যৈরপি সুখশয়না দুত্থিতৌ তৌ সখীভিঃ।
দৃষ্টৌ হৃষ্টৌ তদাত্বোদিত-রতিললিতৌ কক্খতী গীঃসশঙ্কৌ
রাধা কৃষ্ণৌ সতৃষ্ণাবপি নিজ-নিজ ধাম্ন্যাপ্ত তল্পৌ স্মরামি।

**মণিপুরী** — অহিংগী মমৈ ওইরক্লবা মতমদা বৃন্দা সখীনা সখীশিং ময়ামগা হৌগদুনা লাক্লে। ইবুংঙো ইবেম্মনা রতি শয্যাদা চেপ্তুনা লৈরিঙৈদা হৈ শিংলবী বৃন্দা সখীনা চোঙা তেনবানচিংবা উচেকশিংদা ইনশিন্দুনা রাধা কৃষ্ণব তুম্বদগী হৌদোকহন্লে। তুম্মনিংবগী ময়াইনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিদো নিংথিরবা নয়ন্দা উইরি উইরি তৌদুনা লৈরে। বৃন্দানচিংবী সখীশিংনা লেংখৎপিরো হায়না হৌদোকচদুনা অনিগী দর্শন ফংলদা থোইদোক্লা অপেনবা পোকখি। অসুম তৌরিঙৈদা ককখতী বানরী (য়োংনা) লাও খোংদুনা তৌবদগী জটিলা লাক্লবরা হায়না চিংনখি। অমসুং থাদোক থাদোকনিংদনা নিজ নিজ মন্দীরদা তফিং তফিং লেঙখি অদুগা মা-মাগী শয্যাদা চেপ্পখি। ইবুংঙো ইবেম্মনা শান্নবা নিশান্ত লীলাবু খুরম্জৈ।

## (২) প্রাত লীলা

**অয়ুক পুং ৬ তগী পুং ৮-২৪ মিনিট ফাওবা**

**শ্রীশ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রাতঃ লীলাবু নিংশিংজবা**

**শ্রী রাধাং স্নাত বিভূষিতাং ব্রজপয়াহূতাং সখীভিঃ প্রগে**
**তদেগহে বিহিতান্নপাক-রচনাং কৃষ্ণাবশেষাশনাং।**
**কৃষ্ণং বুদ্ধমবাপ্তধেনু-সদনং নির্ব্ব্যূঢ়-গোদোহনং**
**সুস্নাতং কৃতভোজনং সহচরৈস্তাঞ্চাথ তঞ্চাশ্রয়ে।**

**মণিপুরী** — শ্রীমতি রাধারানীনা অয়ুক অঙনবদা চাইথদুনা লৈতেংলে। যশোদা রানীনা মী থারক্তুনা লুক হৌনবা ইবেম্মবু কৌররে অদুগা ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণনা হাননবা মথেল লুকোই শেমদুনা লুক হৌরে। শ্রীকৃষ্ণসু শঙ্গোন্দা লেঙশিন্দুনা শম্বী মথং মথং শঙ্গোম শুমলে। অদুদগী চাইথরে। ইবুংঙোগী শাগোন্নবা সখা খরা লোইন্দুনা লুক হারে অদুদগী ঙহাক পোত্থারগা তাম্বুল সেবা চংলে। অদুগী মতুংদা রতন পালঙ্ক মথক্তা চেপখ্রে। শ্রীমতি রাধা রানীসু মতা সখীশিং লোইননা ইবুংঙোগী মহাপ্রসাদীদো ফংমিন্নরে। অসুম্না প্রাতঃ লীলা শান্নরিবা শ্রীশ্রী রাধা কৃষ্ণগী লীলাবু নিংশিংজে।

## (৩) পুর্ব্বাহ্ন লীলা (ষন শেনবা চৎপা মতম)

**অয়ুক পুং ৮-২৪ মিনিটতগীনা পুং ১০-৪৮ মিনিট ফাওবা**

**পুর্ব্বাহ্নে ধেনু-মিত্রৈর্বিপিনমনুসৃতং গোষ্টলোকানু যাতং**
**কৃষ্ণং রাধাপ্তিলোলং তদভিসৃতি-কৃতে প্রাপ্ত-তৎকুণ্ডতীরং।**
**রাধাঞ্চালোক্য কৃষ্ণং কৃত-গৃহ গমনামার্য্যয়ার্কার্চ্চনায়ৈ,**
**দিষ্টাং কৃষ্ণ-প্রবৃত্ত্যৈ প্রহিত-নিজ সখীবর্ত্ম-নেত্রাং স্মরামি।**

**মণিপুরী** — শ্রীকৃষ্ণনা সখা ময়ামগা লোইননা ষনয়াম হোইদুনা গোবর্দ্ধনগী লম্বীদা শনশেনবা লেঙঙি। শ্রীমতি রাধারানীনা থোংবা থাকপা হারবা মতুংদা বন্দা ষন শেনবা লেঙবনি শ্রীকৃষ্ণনা। ইবুংঙোনা ষনয়াম হোইদুনা লাকপদা ইবেম্মনা অটালিকা মথক্তা ইবুংঙোগী ফজবা শ্রীরূপ অদুবু দর্শন ফংবদা ইবেম্মগী নুংঙাইবা ঙমখে লৈখিদে। শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মদা রাধা কুণ্ডদা উনসি হায়না মিৎনা ইঙ্গিৎ তৌরম্মী। ইবুংঙোবু উননবগীদমক সূর্য্য পুজা চৎকে হায়না জটিলাদগী য়াথং লৌজরে। মবুংঙো কৃষ্ণবু

উনগনি খনবা ৱাখন্দা ইবেম্মনা অনুরাগ পোকখি। অসিগুম্বা লীলা শান্নরিবা শ্রীরাধা কৃষ্ণবু নিংশিংজৈ। (চপ চাবা অর্থদি নৎচদে)

## (৪) মধ্যাহ্ন লীলা (নুমিৎ য়ুংলকপা মতমদা শান্নবা লীলা)

### অয়ুক পুং ১০-৪৮ মিনিটতগী পুং ৩-৩৬ মিনিট ফাওবা

**মধ্যাহ্নেঽন্যোন্য-সঙ্গোদিত-বিবিধ বিকারাদি ভূষাপ্রমোগ্ধৌ**
**বাম্যোৎ কণ্ঠাতি-লোলৌ স্মরমখ-ললিতাদালি-নর্ম্মাপ্তশাতৌ।**
**দোলারন্যাম্বু-বংশীহৃতিরতি-মধু-পানার্ক-পুজাদি-লীলৌ,**
**রাধা কৃষ্ণৌ সতৃষ্ণৌ পরিজন ঘটয়া সেব্যমানৌ স্মরামি।।**

**মণিপুরী** — মিকুপ অমত্তং উদবদা লৈঙমদবা রাধা কৃষ্ণ অনিনি। শ্রীশ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিমক শ্রীকুণ্ডদা উনরে। অনিমক্কী অঙ্গগন্ধ অমসুং প্রেমগী বিকারনা লৈতেংদুনা নুংঙাইবা ঈপাক্তা তাওখি। মখল মখা অয়াম্বা কুম্মৈ লীলা শান্নখি কুঞ্জদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনি রতি প্রেমগী মরমদা। ললিতানচিংবী সখীশিংগী নোক্ক-ৱাহৈ কয়ানি ফাগি তৌনা ঙাংনবা লীলা, দল-শান্নবা, জলকেলী, বংশী হরন, রতি লীলা, অথুম্বা হৈ মহি থকপা, সূর্য্য পুজা তৌদুনা নিজবা ইবুংঙো ইবেম্মগী প্রেমগী মরী তৎনে-থান্নদনবা। অসুম্না রাধা কৃষ্ণগী চাং নাইনা হেনগৎলকপা প্রেম্বু সখীশিংনা সেবা ফংজরিবা অদুবু নিংশিংজরি।

## (৫) অপরাহ্ন লীলা

### নুংথিল পুং ৩-৩৬ মিনিটতগী পুং ৬ ফাওবা (শঙ্গারকপা)

**শ্রীরাধাং প্রাপ্তগেহাং নিজরমন কৃতে ক্লপ্ত-নানোপহারাং।**
**সুস্নাতাং রম্যবেশাং প্রিয়মুখ কমলালোক-পূর্ন প্রমোদাং।।**
**কৃষ্ণঞ্চৈবাপরহ্নে প্রজমনুচলিতং ধেনুবৃন্দৈর্বয়স্যৈঃ**
**শ্রীরাধালোকতৃপ্তং পিতৃমুখ মিলিতং মাতৃমৃষ্টং স্মরামি।।**

**মণিপুরী** — শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগা লোইননা লীলা কয়া শান্নরবা মতুংদা শঙ্গারক্কে যনয়াম হোইদুনা সখা ময়ামনা। যনয়াম হোইদুনা ইবুংঙোনা শিঙ্গা বেনু খোংদুনা লেংঙকপা অদুনা ফজবদি হায়নিংঙাই লৈতে, অটালিকা মথক্তা ইবেম্মনা শঙ্গারকপা লীলাবু দর্শন তৌজে। ইবুংঙোসু ইবেম্মবু উবদা নুংঙাইবা পোকখি। অদুগী তুংদা নন্দ মহারাজ অমদি মমা যশোদা রানীনা মচাবু মশা পুম্বা শিৎ শিৎ নান্দুনা অশোক অপন য়েংজখি।

ঘীগী বর্ত্তি চমদুনা মচাবু মঙ্গোল পীখি। শ্রীমতি রাধিকাসু স্নান ক্রিড়ানচিংবা লোইরগা মতা সখীশিংগা লোইননা যাবট্রা পোখাদুনা লৈখি।

## (৬) সায়হ্ন লীলা (সন্ধ্যা)

### যুগল স্থান — অটালিকা দর্শন

### পুং ৬ তগী পুং ৮-২৪ মিনিট ফাওবা

**শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী সায়ং লীলাবু নিংশিংজবা**

**সায়ং রাধাং স্বসখ্যা নিজ রমন কৃতেপ্রোষিতা নেকভোজ্যং**
**সখ্যানীতেশ-শেষাশনমুদিতহৃদাংতাঞ্চতঞ্চ ব্রজেন্দুং।**
**সুস্নাতং রম্য-বেশাং গৃহমনুজননী-লালিতংপ্রাপ্ত-গোষ্টং**
**নির্ব্বৃঢ়োহস্রালি-দোহং স্বগৃহমনু পুনর্ভুক্তংস্মরামি।।**

**মণিপুরী** — যন শেল্লবা হল্লক্লগা শ্রীরাম কৃষ্ণ অনিনা মমাগী য়াথংদগী স্নান বেদীদা লেংশিল্লি. দাসশিংনা ইবুংঙো অসি শ্রীঅঙ্গবু শেংদোকচবা। শ্রীরাধারানীনা ইবুংঙোগীদমক অচা অথক শন্দেশনচিংবা ধনিষ্ঠাবু থিলহল্লি অদুগা ধনিষ্ঠানা যশোদা রাণীগী মফমদা শিন্নজে। শ্রীকৃষ্ণনা সখাশিংগা লোইননা শন্দেশনচিংবা অদু হরাওনা হাখি। নুংঙাইবা ৱাহে কয়ানা সখাশিংবু পেলহনখি। ইবুংঙোনা শঙ্গোন্দা চংদুনা শঙ্গোম শুমখি শম্বী মথং মথং ওইনা। ইবুংঙোনা চাইথরে বেশভূষন্নচিংবা লৈতেংলে। মমা ইরেম্মনা রসই হৌবা লোইরদুনা রাম কৃষ্ণ অনি লুক হারে হকচাং শেংদোক্লবা মতুংদা। পোখারে তাম্বুল পানা হাদুনা। যশোদানা ইবুংঙোগী প্রসাদি অদু ধনিষ্ঠাদা মরাং কায়না শ্রীমতি রাধাগীদমক যাবটতা থাখি।

## (৭) প্রদোষ লীলা

### যুগল স্থান — পাবন সরবোর (কদম খাণ্ডবন)

**সন্ধ্যা মতুং পুং ৮-২৪ মি. তগী পুং ১০-৪৮ মি. অহিংগী অভিষারনচিংবা লীলা।**

**রাধাং সালীগনাং তামসিত-সিত-নিশা-যোগ্য-বেশাং-প্রদোষে,**
**দূত্যা বৃন্দোপদেশাদভিসৃত-যমুনাতীর-কল্পাগ-কুঞ্জাং।**
**কৃষ্ণং গোপৈঃ সভায়াং বিহিত-গুনি-কলালোকনং স্নিগ্ধমাত্রা**
**যত্নাদানীয় সংসায়িতমথ নিভৃতং প্রাপ্ত-কুঞ্জং স্মরামি ।।**

**মণিপুরী** — যমুনা মপান্দা কুঞ্জগী মনুংদা ইবেম্মনা ইবুংঙোবু ঊইদুনা লৈজে। ইবুংঙোনা সাখাশিংবু বিদায় পিরবা মতুংদা ইবুংঙোসে শয্যাদা তুমশিন্নরে। মদুদা মমা যশোদানা মচাগী তুমফম কাদা চংদুনা মচাবু শিৎ শিৎ নান্দুনা তুম্মো তুম্মো ইমাগী গোপাল হায়রল্লগা ব্রজেশ্বরীসু মাগী তুমফম কাদা লেংশিনখরে। মমানা চেপখ্রবা মতুংদা ইবুংঙোনা তপ্না তপ্না লেঙখত্তুনা নিভৃত নিকুঞ্জ বন্দা লেংদুনা অভিষার লীলা শান্নরিবা শ্রীরাধা-কৃষ্ণবু নিংশিংজৈ।

## (৮) নিশা লীলা

**যুগল স্থান — বংশীবট**

**লীলাগী মতম — অহিংগী লীলা পুং ১০-৪৮ মি. তগী**
**পুং ৩-৩৬ মি. নোংঙাল্লমদাইফাও।**

তাবুৎকৌ লব্ধ-সঙ্গৌ বহুপরিচরনৈর্বৃন্দয়ারাধ্যমানৌ,
গানৈর্নর্ম্ম-প্রহেলী-সুলপন-নটনৈঃ রাস-লাস্যাদি রঙ্গৈঃ।
প্রেষ্ঠালীভির্লসন্তৌ রতি গত মনসৌ মৃষ্ট মাধবীক পানৌ,
ক্রীড়াচার্য্যৌ নিকুঞ্জে-বিবিধ-রতিরনৌদ্ধত্য-বিস্তারিতান্তৌ।।
তাম্বুলৈর্গন্ধমাল্যৈর্ব্যজণ-হিমপয়ঃ — পাদসম্বাহনাদ্যৈঃ
প্রেম্না সংসেব্যমানৌ—প্রনয়িসহচরী—সঞ্চয়েনাপ্ত শান্তৌ।
বাচা কান্তৈরনাভির্নিভৃত—রতিরসৈঃ কুঞ্জ সুপ্তালি—সঙ্ঘৌ,
রাধা কৃষ্ণৌ নিশায়াং সুকুসুমশয়নে প্রাপ্ত নিদ্রৌ স্মরামি।

ইতি শ্রীমদরূপগোস্বামী বিরচিত ঃ

**শ্রীশ্রীরাধা কৃষ্ণয়োরষ্ট কালীয় লীলা**
**স্মরনমঙ্গল স্তোত্রং সমপূর্ণ।**

**মণিপুরী** — নটবরবেশ থোন্দুনা ইবুংঙো ইবেম্মনা ঈশৈ শকই, জগোই শাই, সখীশিংনা পুং য়ৈদুনা রাসনচিংবা শান্নরে। নুমিৎচুপ্পা খৌরাংনা ঊইনরম্বা অদু কোকখিদুনা ইবুংঙো ইবেম্মা ফম্মিন্নদুনা অহাওবা হৈ মহিনচিংবা থকলে, চান্নবা সখীশিংনা মানা মানা কৎচনিংবা হৈ লৈ পুরক্তুনা কৎচরে রাধা গোবিন্দগী চরণ থম্বালদা। তাম্বুল লৈ চন্দন হুমাইনচিংবা থৌগঞ্জে তপ্না তপ্না জগোই শাবদা চোকথরবা শ্রীঅঙ্গদা।

অদুদগী সখীশিং ময়াম পুন্নমক মাগী কুঞ্জদা তুমখরবদা শ্রীরাধা গোবিন্দনা রতি সয্যাদা চেপ্তুনা নুংঙাইনা ৱারী শাদুনা চোকথরদুনা চেপখরে। শ্রীশ্রীরাধা গোবিন্দ অনিবু নিংশিংজৈ।

## শ্রীরাধা কৃষ্ণগী অষ্টকাল লীলাগী শান্নবা মতম উৎপা

শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবা লীলা — ষনশেন লীলা, (গোষ্ঠ)

নিতি লীলা (পাশ খেলা, জলকেলী) অসিনচিংবা লীলাশিং অসে কাল নিপাল থোক্লা খাইদোকই। ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা দিগদর্শন তৌজরি।

১) নিশান্ত লীলা — নোংঙাল্লমদাই পুং ৩-৩৬ মিনিট দগী পুং ৬ অয়ুক ফাও।

২) প্রাতঃ লীলা — অয়ুক পুং ৬ দগী পুং ৮-২৪ মিঃ

৩) পুর্ব্বাহ্ন লীলা — অয়ুক পুং ৮-২৪ মিঃ দগী পুং ১০-৪৮ মিঃ বন্দা লেঙবা।

৪) মধ্যাহ্ন লীলা — অয়ুক পুং ১০-৪৮ মিঃ দগী নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং ৩-৩৬ মি:

৫) অপরাহ্ন লীলা — নুংথিল পুং ৩-৩৬ মি: দগী নুংদাংৱাইরম পুং ৬ শঙ্গারকপা।

৬) শায়হ্ন লীলা — সন্ধ্যা পুং ৬ দগী পুং ৮-২৪ মি: নুমিদাং

৭) প্রদোষ লীলা — নুমিদাং পুং ৮-২৪ মি: দগী পুং ১০-৪৮ মি: অহিংগী অভসারনচিংবা লীলা।

৮) নিশা (নক্ত লীলা) — পুং ১০-৪৮ দগী পুং ৩-৩৬ মিঃ নোংঙাল্লমদাই।
শ্রীশ্রীরাধানচিংবা
অহিংগী লীলা

## লীলা সূত্র (২) নিতি (লীলা) নিত্য লীলা

কুঞ্জাদগোষ্ঠং নিশান্তে প্রবিশতি কুরুতে দোহনান্নশনাদ্যঙ

... ... ... ... ... ... ... ... ... ... ... ... ...

মথক্তা হান্না ইজখ্রবনি। কাল নিপালগী অশুপ্পা লীলাগী মরোল উৎপনি। মদুদি মণিপুরীদা ঃ

| | | |
|---|---|---|
| কৃষ্ণনা নিশান্তদা | — | (নোংঙাল্লমদায়দা) য়ুমদা হঞ্জিল্লক্তুনা চেপলৈ; |
| প্রাতঃ কালদা | — | অয়ুক্তা অমসুং সন্ধ্যা কালদা শঙ্গোম শুম্মি। অমসুং য়ুমদা লাক্লগা ভোজন তৌই। |
| পূর্ব্বহ্নদা | — | সখাশিংগা লোইননা যন শেনবা চৎলি। শন্না শঞ্জাবুংদা শজিক চারিঙৈদা সখা ময়ামগা লোইননা শান্নবা মখল মখল শান্নে; |
| মধ্যহ্নদা | — | শ্রীমতি রাধারাণীগা রাধাকুণ্ডদা উন্নদুনা বিলাস তৌই। |
| নিশা (নত্ত) | — | অহিংদা নিকুঞ্জদা উন্নদুনা বিলাস তৌই।য |
| অপরাহ্নদা | — | গোষ্ঠদা (য়ুমদা) হল্লকই। |
| সায়হ্নদা | — | সখাশিংগা শান্নমিন্নে। |
| প্রদোষদা | — | চান্নবী সখীশিংগা চামিন থকমিন্নে। |

লীলা পুম্বা অসিবু নিতিগী শান্নরিবা শ্রীকৃষ্ণদুনা ঐখোইপুম্বদা কৃপা তৌবিসনু।

## মঙ্গলাচরন/অহৌবা

শ্রীশ্রীগৌরবিধুর্জয়তী।
শ্রীশ্রীরাধা গোবিন্দৌ জয়তাম্।।

শ্রীগোবিন্দং ব্রজানন্দ সন্দোহা মন্দ মন্দিরম্
বন্দে বৃন্দাবনানন্দং শ্রীরাধা সঙ্গনন্দিতম্।।১।।
যোঽজ্ঞান মত্তং ভুবনং কৃপালুরুল্লাঘয়ন্নপ্য
করোৎ প্রমত্তম্।।
স্বপ্রেমসম্পৎ সুধয়াদ্ভুতেহং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যমমুং প্রপদ্যে।।২।।

মণিপুরী — ব্রজদা লৈরিবা অচৎ-চত্তা জীব পুম্নমকী নুংঙাইবা খিবিক্কী মপুম মরৈ কারবা তুংনফম ওইবা বৃন্দাবন্না মহাক্কী নুংঙাইফম ওইবা শ্রীরাধিকাগা লোইন্না নুংঙাইবা ফংবা শ্রীগোবিন্দবু কৃষ্ণদাস ঐনা খুরুমজরি।।১।।

খঙদবমক্তনা ময়াই কারবা ঙাওরবা তাইবংপানসিবু থৌজালহৈব ইবুংঙো মহাক্না মরম্নাই মরল ওইবা প্রেমামৃত পীবিদুনা তাইবং লাঙ্গনা কোকহনবিদুনামকপু ময়াই কাবদি অহোইনবিরিবা অঙকপা থৌরাংনা তিল্লবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদা পুক্নিং হুকচাং য়াওনা কৃষ্ণদাস ঐনা চংজরি।।২।।

শ্রীরাধা গোবিন্দনা জয় ওইরি।

# অইবগী ৱারোল

অইবনা শম্লপনা ইজবা শৈরেংগী মওং

রাধা কৃষ্ণগী প্রেম রস লীলানা থল্লবা খরদং খনগত্তুনা লৈরাংজবা।

শ্রীরাধা গোবিন্দগী নিত্য লীলা অসি পাঙ্জদ্রবা পঙ্লবা শ্রীহুইদ্রোম্ ভরত সিংহনা ইজবনি - শৈরেংজবনি।

শ্রীইরেংবম গুলামজাৎ সিহংনা ইবিরম্বা শ্রীশ্রীগোবিন্দ লীলামৃত কৌবা রসনা সমুদ্র ওইবা কাব্যদগী হয়িংখোইনা লৈরাং খিবিক্তগী রস খর খরদং চুপচরগা অমৃত পৈশিনবগুম তোল্লবা ননাই ঐনা ইতিক-ইপা চাজদনা খোমজিঞ্জবনি, ইজবনি।

ব্রহ্মা, মহাদেব, অনন্তনা শোনবদা লোইদ্রবা সরস্বতীনা থাবা শকপা লোইদ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য লীলানি। মগুন লৈবা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা তাবদা অৱাৎপা অরানবা কয়া য়াওরবসু হৈজদবনি হায়না খনবিদুনা ঙাকপিগনি। অফবা রস খর খরদং লৌখৎপিরগা অস্বাদন তৌবিয়ু কাংঙনা ঈশিং হুন্দোক্লগা শঙ্গোমতমক লৌবগুম লৌবিয়ু।

নট সংকীর্ত্তনগী লাই গুরু ওঝাশিংনা ইবিরম্বা মমল নাইদ্রবা নিয়ম পরেং পরিং লৌজদুনা খোঙ্গুল লিজবতনি।

লাই গুরু ওঝাশিংগী মমিং খরদং পঞ্জরবদা শ্রী ঁনোংমাইথেম চাইগোই সিংহ বাঙ্গলা ভাষাদা নট ঈশৈ ইবিরম্মী। অদুগা শ্রী ওঝা নাতুম বাঙ্গলা ভাষা, ব্রজবলী, সংস্কৃত নিংথিজনা হৈরবা ওঝাসু নট সংকীর্ত্তন ইবিরম্মী। ওঝা গুলাপী সিংহ মৈতৈ লোন্দা লেংবা নট ঈশৈগী ওঝানি, অসিনচিংবনি।

হৌজিক অইবা ঐনা থমজরিবা ৱাফমদি ইজরিবা অসি শৈরেংগী মওংদা য়ারিমখৈ মাত্র কায়দনা ইজবনি ভজণ শকপা কলাকারশিংনা শকপদা খুদোং চানবা অদুগা মরক মরক্তা ব্যাখানা রসকী ঈনোৎ হাপচরি। হরি সংকীর্ত্তন, শ্রী গৌরাঙ্গ প্রভূনা পুথোকপনি, মসিদা মণিপুরদনা নট সঙ্কীর্তন হায়না খঙনরে। হৌজিক নট সঙ্কীর্তন

শকপা ওঝাশিংদি বাঙ্গলা ভাষাদা শকপা য়াওই অদুগা মৈতৈ লোন্দসু শক্লরি। অদুগা ভজণ সঙ্গীত সঙ্কীর্তন কলাকারশিংনদি মৈতৈ লোন্দা অদুম শক্লরে। তৌইগুম্বসুং সংস্কৃত ভাষাগী ঋষিশিংনা থম্বীরম্বা শ্লোক খর খরসু য়াওদবা নত্তে।

শ্রীরাধা গোবিন্দগী নিতিগী শান্নরিবা নিত্য লীলা অসি নট সঙ্কীর্তন শক্লরিবা ঈশৈ পরিংদি মরাং কায়না লৈরে। তৌইগুম্বসুং ভজণ সঙ্কীত শক্লরিবা কলাকারশিংদদি নিত্য লীলা ঈশৈ পরিং অসি লৈতবগুম তৌই। মরম অসিনা হৈজদ্রবা পাঙজদ্রবা ঐনা রূপ গোস্বামীনা ইবা অষ্টকাল লীলা অমদি শ্রীশ্রী রাধা গোবিন্দ লীলা কাব্যদগী খর খর লৌখৎচদুনা ইজবনি। খরমখৈদি কলাকারশিংদা মতেং ওইগদরা খন্দুনা ইজবসে অরাৎপা খরমখৈ মেনশিনগদরা হায়না নিংজৈ। হায়গদবনা হায়হৌদবা হায়রোইদবনা হায়খিবা অরানবা কয়া য়াওরবসু হৈতবনি হায়না খনবিদুনা ডাকপিগনি।

রাফম অমনা মণিপুরগী লাই ওইরবা ওঝাশিং অমদি ঋষিশিংনা ইবিরম্বা অমদি তাকপিরম্বগী মতুং ইন্না অহানবদা শ্রীগৌরচন্দ্রবু অবাহন তৌই। মতুংদা শ্রী গৌরাঙ্গগী অবতার শকই। মসিগী অাৰ্থদি সাধক দেহগী গুরুদি শ্রীগৌরাঙ্গনি, মদুগী ভাব লৌবগা গৌরাঙ্গনা অহানবদা ওইদুনা মতুংদা সিদ্ধক রাধা গোবিন্দগী অরাম্বা লীলা বর্ণন তৌবগা অরোইবদা গৌরাঙ্গ নিত্যানন্দদা লোইরিবা অসি সাধকা অমুক হন্দোক্লুনা লৈবনি।

শ্রীহুইদ্রোম ভরত (ভূবন) সিংহ
চিংঙামথক নাঐরাকপম লৈকাই।

# লাইশোন ঈশৈ - কাব্য ইরকপগী শন্নপ্পা ৱারী

ঐনা পিক্নীঙৈদগী হৌনা মহাভারতকী ৱারী তাবা য়াম্না পামজৈ। হস্তিনাপুরগী রাজচক্রবর্তি নিংথৌরেল পাণ্ডু মহারাজনা সপ্তশৃঙ্গ চিংদা লৈখিদ্রবদা কুন্তি মহারাণিনা ভিক্ষা নিদুনা মচা মঙাবু চাওনবা য়োকখি। ধৃতরাষ্ট্রনা নিংথৌ ওইরবসু মনাও পাণ্ডুনা পোক্লম্বা মচা মঙাগী চানবা করি অমত্তা পীবমদে। মরুথৌ ভীষ্মনা অমদি মখুরা বিদুরনা খরা খরা য়েংলম্মী।

পাণ্ডব মঙাবু মাঙনবা হোৎনরক্লা ফত্রব: দুর্যোধন্না ভীম্বু হু পীজদুনা তুরেলদা থাদখি: কৃষ্ণগী ভক্ত ওইবনা ঈশিংগী নিংথৌ বরুন্দগী ৱারাহ দেবনা পায়রম্মা কৌমুদি থদা ফংখি: পাণ্ডব মঙাগীদমক দুর্যোধন্না চাগী য়ুম (মৈ হৌবা পোৎ) শাবিদুনা মঙাবু শিননবা য়ুম মৈ থাদুনা তাপ্তোকখি। পাণ্ডব মঙানা মমাগা লোইননা বন্দা চহি ১২ চৎখির্বনি। শিশন্নু হায়রগা সয়ম্বরদা পঞ্চাল নিংথৌ দ্রুপদগী মচানুপী দ্রৌপদীবু লুহোংদুনা যুধিষ্ঠির, ভীম, অর্জুন, নকুল, সহদেবদা বিবাহ তৌখি। শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাদগী মঙাগী কোনুং ইন্দ্রপ্রস্থদা শাখি। তৌইগুম্বসুং দুর্যোধনগী কুটনিতিগী লাংদা শকুনিগী মীনম্বা চৌববদা পাণ্ডব নোংশা মঙাবু লাংদা থুবদগী উপাই লৈখিদে। মঙাগী নুপী দ্রৌপদীবু কৌরব সভা মমাংদা দুঃশাশন্না ফী মুন্দুনা ইকাইবা পীখি। উপাই লৈত্রবা মিচং লৈজদবা পাণ্ডবকী মহারাণী দ্রৌপদীনা শ্রীকৃষ্ণবু কৌজখি — "হে কেশব! কৌরবশিংনা ইকায়বা পীরিবা নহাক্না করিগী উবিদ্রিবনো? হে নাথ? হে লক্ষ্মীনাথ! হে গোপীজন বল্লভায়! গোপীগী থৱাই ওইবা নংনা কৌরবকী সমুদ্রদা তারবা ঐবু কল্লরাও"। শ্রীকৃষ্ণদি মপী লৈতবগী মপীনি, মপা লৈতবগী মপানি, মমা লৈতবগী মমানি, মরুপ লৈতবগী মরুপনি। মতৌ অসুন্না দ্রৌপদীনা কৌরবদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্রৌপদীগী ফী অমত্তা শোকহন্দনা দুঃশাশন্না ফী চিংলিবমখৈ লোইবা খম্বা লৈহন্দে। মশিবু ভগবানগী প্রবেশ অবতার কৌই। মনাই মঙানা বন্দা লৈরিঙৈদা হেক্তা কৌবদা মনাক্তা মমাংদা লেপ্লীবা শ্রীকৃষ্ণনি। ইবুংঙোদি বিষ্ণু ওইবনা মফম খুদিংদা শীনথুংনা লৈবনি। প্রহলাদবু মপা হিরৈন্যকশিপুনা হংবদা নংগী কৃষ্ণ (হরি) হায়বদো কদায়দা লৈবগে? পাবুং মহারাজ শ্রীহরিদি লিক্লাই য়ুম্বীসিদসু লৈবনি।

শ্রীশুকদেবনা অসুম্না হায়রি —

**সত্যং বিধাতুং নিজভৃত্যভাষিতং;**
**ব্যাপ্তিং-চ-ভূতেষ্বখিলেষু চাত্মনঃ।**
**অদৃশ্যতা তাঙ্তুতরূপমুদ্বহন স্তম্ভে**
**সভায়াং ন মৃগং ন মনুষম্ ।।**

মফম খুদিংদা লৈ হায়বা খঙহন্নবগীদমক মনাই ভক্তবু কন্নবা মীসু নত্তবা, নোংশাসু নত্তবা মীগা নোংশা মকোক পানবা নৃসিংহ ভগবান্না যুম্বীদগী চোংথোরক্তুনা হিরৈন্যকশিপুবু বধ তৌখি অদুগা অঙাং ওইরিবা মনাই ভক্ত প্রহলাদবু কনবিখি। শ্রীহরিদি মনাই ভক্তবু শোকপা য়াদে। সত্য ত্রেতা দ্বাপরদগী শান্নরকপা লীলা কয়াদা ভক্তগা শান্নবনা শ্রীহরিগী অপেনবনি। ইবুংঙো মাগী থৌজান্দি থাবদা লোইব নত্তে। শ্রীকৃষ্ণদি পরমাত্মানি। আত্মা ওইনা জীব খুদিংদা লৈবনি। সংসার ওইবা ইমা, ইপা, ইচা, ইশু, মরুপ মপাং পুম্নমক লোইনা মাঙখিনি শিখিনি। তৌইগুম্বসুং শিব নাইদ্রবা আত্মাগা পরমাত্মাগা লৈনবা মরীদি থান্নবা য়াদে। শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতৈ মরুপ লৈতে। ইবুংঙো মাগী নাম শোনবা অমসুং লীলা বৃন্দা ইবনা মীওইবনা লংজখিবা তৌখিবা পাপ পুম্নমক, শীংবু মৈনা চাকথেকপগুম মাংখিনি। য়াম্না শাংনা ইজররোই। কৃষ্ণগী অমৃত কথাদি থকলিমখৈ শোল্লিমখৈ পেনবা নাইদে। ইজরিবা ঐদি শ্রীভগবান কৃষ্ণগী চরন্দা লূপ্লবা থম্মোইনি। ভক্তিগী লৈকোন্দা শাৎপা লৈরাংশিংদগী খোইমুনা লৈহী চুপ্তুনা খোমদুনা পৈশিনবগুম্বনি ইজরিবা ঐনা।

করম্না ঐনা ঈশৈ ময়েক ইবা হৌবগী মতাংদা অমুক ইজরক্কে। খৃ: ১৯৮০ গী খর মমাংদগী হৌনা লাইশোন ঈশৈ ইবা তমজরকখি। শ্রীঅহৈবম বুদ্ধচন্দ্র সিংহ অমসুং মনাওনুপা অহৈবম শ্যামসিংহ ইমাক অনিনা হোৎনবিবদগী ঐহাক অসে এ.আই.আর. ইম্ফালগী ময়েক ইবা অমা ওইনা শ্রী চনম গোপাল সিংহনা এপ্রুব তৌবিখি। অহানবমক্তদা কলাকার শ্রীকাংঙবম বিজয় সিংহ সাং ৱাবগাই কৈরক্তা লৈবা অসিনা ঐনা ইজবা ময়েক মহাদেবগী ঈশৈ শকপা হৌবিখি। মহাক্না ঐগী লাইশোন ঈশৈ কয়ামসু শকপিখি। কলাকার অয়াম্বনা ঐগী লাইশোন ঈশৈ শকপিখি; মমিং পঞ্জরবদা শ্রীহাওমোম নব সিংহ, শগোলশেম তিজেন্দ্র সিংহ, রূপচন্দ্র সিংহ, অদুগা কলাকার ইবেম্মশিং, অসেম বীমলা, যমুনা দেবীনচিংবনা শকপিখি এ.আই.আর. ইম্ফালদা।

জগৎ গুরু শ্রীরাধা গোবিন্দবু চেৎনা নিংজবা অদুনা মমৈথংদা ঐগী লাইশোন ঈশৈ "শ্রীকৃষ্ণ লীলা" হায়না থোনবা ঈশৈ সেরিজ ওইনা রূপ রাগনা শকপা হৌরকখি।

এ.আই.আর. ইম্ফালদা প্রোগ্রাম ওফিসার ওইরিবা শ্রীমাইস্নাম বীরমনী সিংহনা মতেং পাংবিদুনা শ্রীকৃষ্ণ লীলা অসি অকাশবানীগী থোঙদা পুথোকপিখি। ভদ্রলোক অসিবু হন্না হন্না থাগৎচরি মরমদি ইরাই খুদিংগী শ্রীকৃষ্ণ লীলা অসি মণিপুর প্রজাদা থাদোক্কুনা ব্রোডকাষ্ট তৌদুনা তাহনবিখি। শকপিরিবা কলাকারশিং অদুদি — শ্রীখুন জয়কুমার, শ্রীকোংখাম বীরকুমার সিংহ, শ্রীহাওমোম সদানন্দ সিংহ অমসুং শ্রীস্বামীকুমার সিংহনি। অদুগা ঈশৈ সেরিজ অসি পুথোকপদা ইচা ইবেম্মা কলাকারশিংসু য়াওই মমিংদি খঙজদরে। কংস বধকী ঈশৈদা শ্রীনবচন্দ্র শর্ম্মসু য়াওই।

হৌজিক হৌজিক কলাকারশিং অসিনা শ্রীগৌরাঙ্গবু শৈথাবা ঈশৈ সংকীর্ত্তন শকলি লুহোংব, শ্রার্দ্ধনচিংবদা। ঈশৈশিংদি গৌরাঙ্গ ভাবী নিমাই সন্ন্যাসনচিংবনি। কলাকারশিং অসিনা ঈশৈ শকপা ঙমজরিবসে পদ্মশ্রী অরিবম শ্যাম শর্ম্মনা ঈশৈগী হকচাংবু থৱাই হাপ্পিদুনা শুর পানবিদুনা শকপা ঙমজবনি। মসি শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী তাঙলবা কৃপানি।

শ্রীকৃষ্ণ প্রেমদা, শ্রীগৌরগী ভাব রসদা লূপচরবা অইবা ঐনি। রাফম অমনা ঐনা থৌবাল সব-দিবিজন দা এস.দি.পি.ও. থৌবাল ওইনা থবক পুজবা মতমদা নটকী ঈশৈশু শকপা হৌজখি চাওরাক্লা ওইবা য়াই খৃ: ১৯৮৪ অদুৱাইদনি। লুহোংবা শকচরকই অদুগা মরক মরক্তা শ্রাদ্ধ কর্ম্মদসু শ্রীরাধা গোবিন্দগী নিত্য লীলা শকচরকই খোম্বাংবা অফবা অমা য়াওরগা। মরম অসিদগী ননাইনা শ্রীরাধা গোবিন্দগী নিত্য লীলা খরদং ইবা ঙমজরিবনি।



কদম মখোংদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ

# য়াওফম তাকপা

# নিত্য লীলা হৌবা

## গুরু বন্দনা

### শ্লোক

(ক) বৈবস্বত মনোরষ্টা বিংশকে যুগ সমভবেৎ
চতুর্দশ শতাব্দে বৈশপ্ত বর্ষ সমনবিতে।
ভাগীরথী তত্ত্ব রম্যে শচীগর্ভ মহান্নবে
রাহু গ্রস্তে পুর্ণিমায়াং গৌরাঙ্গ প্রকট ভবেৎ।।

(খ) শ্রী গৌরাঙ্গমহং বন্দে রাধা কৃষ্ণ সরূপকম
অন্তঃ কৃষ্ণংঃ বহির্গৌরং দ্বিভূজং করুনাময়ম্।
তপ্ত কাঞ্চন পূজ্ঞাভং রক্তবস্ত্রং সুনাসিকম্।।
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যায় নিবেদয়ামি নমঃ।।

(গ) যঃ রাধা ভাবং ভক্তিভাবং কলি জীবত্রান ভাবঞ্চ
এতৎ ত্রিবিধ ভাব মিহকলি সধ্যায়াম প্রকাশর্থম্
পবিত্র ভাগীরথীতীরে শ্রীনবদ্বীপ ধামে অবতীর্ন
তস্য শ্রীকৃষ্ণ চন্দ্রস্য পদাম্বুজৌ প্রনমাম্যহংপুনঃপুনঃ

(ক) — বৈবস্বত মনুনা (মন্বন্তরনা) পুবা ২৮ শুবা কলি যুগকী শকাব্দ ১৪০৭ চংলকপা মতমদা ভাগীরথীনা কোনবা শ্রীধাম নবদ্বীপতা, শচীগর্ভ মহা সমুদ্রদা পুমঙান ঙান্না, শকাব্দ ১৪০৭ (খৃ: ১৪৮৫), ফাল্গুণ পুর্ণিমা চন্দ্রগ্রহন নুমিত্তা; শুক্ল মল্লবা তাইবংগী পাপ তাপ কোকপিনবা শ্রীগৌরাঙ্গ দেবনা স্নাগী কুচুনা লৈতেংদুনা থাজ কোটি ঙমজনা মেদনী পৃথিবীদা ঙানবিররে।

(খ) — শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভূবু তোল্লবা ননাইনা খুরমজরি। রাধা কৃষ্ণগী স্বরূপ ওইরবা মনুংদা কৃষ্ণবর্ণ, — মপান্দ অঙৌবা কুচুনা (স্না অহিংবা কুচুনা) লৈতেংবা পাম্বোম

অনি পানবা কৃপাগী মশক ওইবা, অঙাংবা গেরুৱা মচুগী ফিজেৎনা লৈতেংবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু নিংশিংজরি।

(গ) — খুরমজে হন্না হন্না শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী চরন থম্বালদা। ইবুংঙো নংদি ভাব অহুম্না লৈতেংবনি শ্রীগৌরচন্দ্রগী শক্তমদা "রাধা ভাব, ভক্তি ভাব, কলি জীববু লানবিবা। শ্রীধাম নবদ্বীপতা শেংলবা ভাগীরথী গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা লেপ্লরে জগৎ গুরু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য দেবনা।।

## গুরু বন্দনা

গুরুর্ব্রহ্মা, গুরুর্বিষ্ণু, গুরুদেব মহেশ্বরঃ
গুরু শক্ষাৎ পরম ব্রহ্ম তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ।

অজ্ঞানতিরিরান্ধস্য জ্ঞানাঞ্জন শলাকয়া
চক্ষুরুন্মীলিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ

চৈতন্যম শাশ্বতম ব্যোমাতিতম নিরঞ্জণম
নাদ বিন্দু কলাতিতম তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ।

গুরু মন্ত্রবা কলিগী সন্ধ্যাদা জ্ঞানগী মৈরা চুখৎপিদুনা অমম্বা লম্বীবু ঙালহনবিরিবা শ্রীগুরুদেবগী চরন্দা হন্না হন্না খুরুমজরি।

জয় জয় মহাপ্রভু মহা অবতারী
অবতার শিরমপি কলি যুগে চিন্তামনি।

অখিল জীবের গুরু প্রেম ভক্তি কল্প তরু।
জীব নিষ্টা রিতে লাগি নবদ্বীপে অবতরী।

**ব্যাখা** — শ্রীহরিগী অবতার পুম্নমক্তগী অথোইবা কোকথক্তা ঙানবা মনিগুম্বা, কলিযুক্কীদি লাইবক্তা ঙানবা মনি ওইরিবা, জগৎ জীবগী গুরু, প্রেম ভক্তিগী লেংদ্র উপাল, জীববু লানবিগে হায়না শ্রীধাম নবদ্বীপতা অবতার তৌবিররে।

# শ্রীগৌরচন্দ্র অবাহন

(১)

খুরুমজে শ্রীগৌরাঙ্গচাঁন্দ থৌজালগী মবুংঙো
কৃপাগী মিৎয়েং তাবিয়ু তোল্লবা ননাই ঐখোইবু
থৌজালগী মিৎয়েং তাবিয়ু পঙলবা ননাই ঐখোইবু
অশেংবা ভক্তিগী প্রেম্না চন্দনগী মশক ওইদুনা
ফংহনবিয়ু চরন সেবা চানবিয়ুনে চানবিহৈবা।

ব্রজদা কালাচান্দ নদিয়াদা নিমাইচান্দ
জীবগী গুরু, নহাক্নি ঙানবিররো থম্মোই নুংদা
তাইবংগী মপু নহাক্নি লেঙশিনবিরো লকানুংদা
ফংহনবিয়ু চরন সেবা চানবিয়ুনে চানবিহৈব।

পাক্লবা তাইবং ঈপাক্তা কল্লবা নোংলৈ নুংশিত্তা
হিরাক্লবা জীবশিংবু কনবিবা নংনি হা গৌর।
ব্রজদা কালাচাঁন্দ নদীয়াদা নিমাইচান্দ,
জীবগী গুরু নহাক্নি ঙানবিররো থম্মোইনুংদা।।

(২)

লেংশিনবিরকউ গৌর হরি
হরি সংকীর্ত্তন ময়াইসিদা।
ভক্তিনা নিমন্ত্রন তৌজরি;
প্রেম্না চন্দন ওইনা কচ্চরি।

কৌজরি নংবু খোঞ্জেল ৱাংনা
তাবিয়ু হা প্রভূ নুংশিবা।

সংকীর্ত্তনগী মপুনি নংদি,
ভক্তি মাপলগী মবুংঙোনি।

লোইনবিরকউ নিত্যানন্দ,
অদ্বৈত গদাধর শ্রীবাস
পুংলোনগী নুংশিবা খোম্লোক্তো,
রাধা কৃষ্ণগী নাম শোঞ্জগেনে।

ব্রজগী অমুবা থা রাধাগী
চান্নথোইবী যশোদা মপারি।
হে কৃষ্ণ নংগী নাম শোঞ্জবদা
লমজিংবিয়ু হা গৌর লমজিংহৈব।।

(৩)

ই — দাদরা ( ন - সনধ)

শ্রীগৌরাঙ্গ চিন্তামনি মিংথোনবা,
ভক্তিনা নিমন্ত্রন কচ্চরি প্রভূ।
লেংশিনবিরকলো প্রেম ভক্তি তম্বীররো,
হরি সংকীর্ত্তন হৌবিররো।

তনৌ তনৌবা ভক্ত রূপনি,
ফুদোংল-ম্না ঙমজবা কুচু।
রাখল অহুম পাংথোক্লরে,
রাধাগী লমন শিংলরে প্রভূ।
হা গৌর চানবিহৈব চানবিয়ুনে,
ঙানবিররো থম্মোই মন্দিরদা।

য়েত্তা নিত্যাই ওইদা গদাধর,
তাকপিরো শৈহৌ সংকীর্ত্তনগী
রাধা কৃষ্ণগী প্রেমামৃত
কলি জীবদা খিকপিররো।
হা গৌর চানবিহৈব চানবিয়ুনে,
রাধা কৃষ্ণগী নাম শোঞ্জগে।।

# সভা বন্দনা (সভাবু খুরুমজবা)

খুরুমজে শ্রীকৃষ্ণগী অবতার শ্রীগৌরচন্দ্রগী চরন থম্বালদা। ইবুংঙো মাদি শ্না অহিংবা কুচুনা লৈতেংবনি রাধা কৃষ্ণগী যুগল রূপনি, রাধাগী কুচুনা মপান্দা লৈতেংদুনা রসরাজ শ্রীকৃষ্ণনা মনুংদা লোৎপনি।

খুরুমজে শ্রীনিত্যানন্দ প্রভূ, জ্ঞানগী শক্তম, অদ্বৈত প্রভু, গদাধর পণ্ডিত অমসুং শ্রীবাসনচিংবা গৌর ভক্ত পুন্নমক্কী চরন্দা তোল্লবা শৈশকলোই ঐখোইনা চংজরি চানবিয়ু।

তিনবিরিবা ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী চরন্দা ঙক্তা ফী য়েত্তুনা দণ্ডবৎ তানা খুরুমজে। বৈষ্ণবকী থম্মোইদি বৃন্দাবন্নি। বৃন্দাবন্দা রাধা-কৃষ্ণনা নিত্য লীলা প্রেম রসনা থনবা অমৃতনা ঈচেল ওইবা লীলা শান্নরি। হৈত হৈত ইজবনি মপান নাইদ্রবা ঙমখৈ লৈত্রবা শ্রীরাধা গোবিন্দগী নাম খরদং, শ্রীমদ্ভাগবতগী অমদি পরমপরাদগী ওঝাশিংনা থম্বীরম্বা নিত্য লীলাদগী লৌখৎচদুনা ইজবনি, হয়িংখোইনা খোইরাদা খোইহী পৈশিনবগী মতৌঙম। শৈরেংদা, রস, মাত্র, শুর কয়া কায়খিবা য়াওরবসু কাংঙনা ঈশিং হুন্দোক্লগা শঙ্গোমতমক লৌবগুম মচি ওইবা শরুক অদুতমক অস্বাদন তৌবিয়ু হায়না কোটি প্রার্থনা তৌজরি ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী চরন্দা।

## শ্রীরাধা কৃষ্ণনা পুন্না চৈতন্য ওইনা অবতার তৌবিররে

রাধা কৃষ্ণ প্রনয়বিকৃতিহলাদিনি শক্তি রস্মা
দেকাত্মানাবপি ভূবি পুরা দেহ ভেদংগদৌ তৌ।
চৈতন্যখ্যং প্রকটমধুনা তদ্দয়ঞ্চৈক্য মাপ্তং,
রাধা ভাবদ্যুতি সুবলিতং নৌমি কৃষ্ণস্বরূপম্।।

**মণিপুরীদা** — রাধানা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমতগী মশক ওইবী হলাদিনী শক্তি কৌবিনি। আত্মা অমত্তা ওইদুনসু দ্বাপরদা, রাধা কৃষ্ণ হায়না তোঙান তোঙান্ন ফোংদোকপিখি। হৌজিক কলিদদি রাধা কৃষ্ণনা, অমত্তা ওইনা শ্রীধাম নবদ্বীপতা ঙানবিররে।

রাধাগী পুকচেল কুচু মঙান্না তিল্লবা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য কৌবা ঈশ্বরবু হন্না হন্না খুরুমজরি।

**তথাহি** — শ্রীস্বরূপ গোস্বামি শ্লোক

শ্রীরাধায়াঃ প্রণয়মহিমা কী দৃশো বানয়ৈর্বা স্বাদ্যো
যেনাদ্ভুত মধুরিমা কীদশো বা মদীয়ঃ।

সৌখ্যঞ্চাস্যমদনু ভবত কীদৃশং বেতি লোভাৎতত্তাবঢ্যঃ
সমজনি শচিগর্ভসিন্ধৌ হরীন্দুঃ।

**বাখ্য** — শ্রীরাধানা কৃষ্ণ ঐবু নুংশিবনা করম তৌরিগবা ঃ নুংশিবতনা ঐগী অঙকপা মীপুক লুবা রসবু রাধানা চারিবদো করম তৌরিগবা ঃ নুংশিবতনা খুদুম চন্দুনা কৃষ্ণ ঐবু ফংবদগী রাধাগী অপেনবা অদো করম তৌরিগবা ঃ অহুম অসিবু ফংনিংবদগী শ্রীরাধাগী পুকচেল কুচু লৌদুনা শ্রীকৃষ্ণনা থা ওইদুনা শচী গর্ভ সমুদ্রদা গৌরাঙ্গ ওইনা পোকখি।(তিন বঞ্চা)

## শৈরেং

## (শ্রীকৃষ্ণদুনি গৌরসে, রাধাগী মবুংঙো)

শ্রীকৃষ্ণদুনি গৌরসে, রাধাগী মবুংঙো,
গোপীশিংগী থরাই, ব্রজগী থাজনি।
রাধা' প্রেম মৈচাক্তা লুপ্তুনা কৃষ্ণনা,
পোক্লরে গৌর, রাধাই' প্রেম লমন শিংনবা।

লেপ্লরে চৈতন্য গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা
ভক্তরূপ লৌদুনা প্রেম ভক্তি তম্বীনবা।
জগন্নাথ মিশ্র শচীগী মপারি গৌর,
ঙাল্লরে নদীয়াদা পুর্ণিমা থাগুম।

বাঁশীনা কৌবদা পেলহৌদ্র' রাধা নাম,
কৌররে গৌরনা রাধা রাধা তোইনা।
রাধাগী কুচুনা মপান্দা ঙান্দুনা,
লোৎলি কৃষ্ণনা থম্মোইনুংদা গৌরগী।

রাধা কৃষ্ণ নাম পুন্না পুন্না শোন্দুনা
মুৎপিরে তাপ অহুমগী খাংঙমদ্র মৈচাক।
ঙানবিরে পুক্নিংগী অমম্বা জীবগী
শ্রীহরি সংকীর্ত্তন শকলকপা খুদিংদা।।

ব্যাখা — শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভূসে শ্রীকৃষ্ণগী অবতারনি হায়না বঙ্গদেশকী অথোইবা নৈয়ায়িক পণ্ডিত উরিয্যারাজ প্রতাপরুদ্রগী সভা পণ্ডিত — মহা মহোপাধ্যায় বাসুদেব সার্ব্বভৌম মহাশয়না, গৌরগী মতৌ মওং খুদম চিহ্ন উজদুনা ফোংদোকচখি। পণ্ডিত অসিনা শচীসুতাষ্টক শ্লোক নিপান ইদুনা শ্রীগৌরাঙ্গগী মরমদা বর্ণন তৌবিরম্মী।

## শচীসুতাষ্টক

(ক) **উজ্জ্বল বরণ গৌরবর দেহম।**
**বিলসতি নিরবধি ভাব বিদেহম্।।**
**ত্রিভূবন পাবন কৃপয় লেশম্**
**তং প্রনমামি-চ-শ্রীশচীতনয়ম্।।**

(খ) গদ গদ অন্তর ভাব বিকারম
দুর্জ্জন তর্জ্জন নাদ বিশালং।।
ভব-ভয় ভঞ্জন কারন করনং
তং প্রনমামি-চ-শ্রীশচীতনয়ম।।

(গ) অরুনাম্বর ধর সুচারু কপোলং।
ইন্দু বিনিন্দিত নখচয় - রুচিরম।।
জল্পিত নিজগুন নাম বিনোদম্।
তং প্রনমামি-চ-শ্রীশচীতনময়।।

(ঘ) বিগলিত নয়ন কমল জলধারম্।
ভূষন-নবরস ভাব বিকারম।।
গতি অতি মন্থর নৃত্য বিলাসম্।
তং প্রণমালি-চ-শ্রীশচীতনয়ম।।

(ঙ) চঞ্চল চারু চরন গতিরুচিরম্।
মঞ্জির রঞ্জিত পদযুগ মধুরম্।।
চন্দ্র বিনিন্দিত শীতল বদনম্
তং প্রনমামি-চ-শ্রীশচীতনয়ম।।

(চ) ধৃত কম্প পুলক সদঙ্গ বেশং।
দিব্য কলেবর মন্দিত মন্দং।।
দুর্জ্জণ কলুষ খণ্ডন দণ্ডং।
তং প্রণমামি-চ-শ্রীশচীতনয়ম।।

(ছ) ভূষন ভূরজ অলকাবলিতম্।
কম্পিত বিম্বাধরং বর রুচিরম্।।
মলয়জ বিরচিত উজ্জল তিলকম্।
তং প্রণমামি-চ-শ্রীশচীতনয়ম।।

(জ) নিন্দিত অরুন কমল দল নয়নম্।
অজানু লম্বীত শ্রীভূজ যুগলম।।
কলেবর কৈশোর নর্ত্তক কেশম।
তং প্রণমামি-চ-শ্রীশচীতনয়ম।।

# শচীসুতাষ্টক

**মথক্কী শ্লোক্কী অর্থগা চপ মান্নবা নত্তে।**

(ক) পুন্নং লংলবা গৌরগী ঙৌর হকচাং
তত্তনা কপলি ৱাখল ঈপাক্তা লুপ্না।
থৌজাল মরিক্না মরোল অহুম লানবিবা,
হে শচী মপারি নংবু খুরুমজরি।

(খ) থম্মোইদা কপলি জীবগী খনবিদুনা,
খোঞ্জেলদি চাওরপ ফত্তবশিং নৈহৎলি।
সংসারগী অকিবা পাপ তাপ মাঙহনবিবা,
হে শচী মপারি নংবু খুরুমজরি।

(গ) ঙাংঙাবা ফিজোল শ্রীঅঙ্গদা লৈতেংবা,
ফজৈদা থানা ইকাইবা খুজিল থম্বাল।
চাইরুং তারকপনা কয়াদা নিংথিবা,
নশাগী নাম কৃষ্ণ নাম শোল্লিবা।
হে শচী মপারি নংবু খুরুমজরি।

(ঘ) মিৎস্না থম্বাল লকাদৈ শিন্থরি পীরাং
রস মাপলগী ভাবনা লৈতেংবা গৌরনা।
চৎপদা জগোই খোংথাংগুম ফজৈদকো,
হে শচী মপারি নংবু খুরুমজরি।

(ঙ) তথক তথক মিৎয়েং লেমজবা শাজৎ
চরণ অনিনা কয়াদা খোইথুম্নবা।
থানা মিহৌবা ইংলবা মাইথোংনা
হে শচী মপারি নংবু খুরুমজরি।

(চ) তনিক তনিক তুখোং খুদিং, তু চুংলিবা,
নোই পেল্লবা থোইনা ফজবা হকচাংনা।
ফত্তববু লাকপিবা দন্দি পীনবা,
হে শচী মপারি নংবু খুরুমজরি।

(ছ) খোই খোইবা পীশুম্না লীরুংগী মওংনি,
তয়ান ঙমজবা চিনবান্না মোমোন নোকপা।
মলয় চন্দন্না লাইবক্তা ইরং লং,
হে শচী মপারি নংবু খুরুমজরি।

(ঞ) কোরৌগী থম্বাল লৈকানা মিহৌরবা,
শুমহৎলবা গৌরগী মিৎস্না থম্বালনি।
তাথরকপা পাম্বোম খুৎ-খু য়ৌনা চোনবা,
হকচাংনা মথোৎ কাবা জগোইগী ফিজেৎ
হে শচী মপারি নংবু খুরুমজরি।

## ধণ্য কলি যুগতা শ্রীগৌরাঙ্গসে শ্রীকৃষ্ণগী অবতারনি

**ব্যাখা** — মমাংঙৈ দ্বাপর যুগতা শ্রীব্রজেন্দ্র নন্দন শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীমতি রাধিকাগা অনিনা মদন-মোহন রূপ লৌদুনা লৈবা মতমদা মহাভাব মশক ওইবী রাধানা শ্রীকৃষ্ণসে মাংখ্রবোই নিংদুনা "হা কৃষ্ণ কৈদা লেংবিখ্রে, ননাই রাধাবু থাদোক্কুনা"। শ্রীমতি রাধাগী মওং অদু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা মোমোন নোক্কুনা রাধাবু কোনশিনবিদুনা "হরে" হায়না কৌরম্মী। হরেনা রসিক ভাবপু খঙহল্লি। ইবুংঙোনা ইবেম্মগী স্বরূপ মরিগী মতেং লৌরগা হরে হায়বা ৱাহৈ মরিরক সম্বোধন তৌখি। স্বরূপ মরি অদুদি — ধীরশান্ত, ধীরোদ্ধত ধীরোদত্ত অমসুং ধীর ললিতনি। ইবেম্মনসু অমুক মহাভাব স্বরূপিনি ওইবা শকওংদগী ভাব মরিগী মতেং লৌরগা "কৃষ্ণ" হায়না মরিরক সম্বোধন তৌই। ভাব মরি অদুদি — অভিসারিকা, বাসক সজ্জা উৎকণ্ঠিতা অমসুং খণ্ডিতানি। পুম্নমক অসি প্রেম বৈচিত্তাগী মনুংদা ওইবা বিরহ স্ফুর্ত্তিনি। প্রেম বৈচিত্তা ভাবকী সেবা লোইরবদা পরিপূর্ণ মিলন সেবাদা ইবুংঙোনা মহাক্কী রমনগী মতেং লৌরগা অমুক্কা "হরে" হায়বা ৱাহৈ মরিরক শোন্দুনা সম্বোধন তৌখি। শান্নবা মরিগী অভিব্যক্তিদি — সংক্ষিপ্ত, সমপন্ন, সম্পুর্ণ অমসুং সমৃদ্ধিমান অসিনি। মহাভাব স্বরূপিনী ওইবী অমসুং আনন্দ মাধুর্য্যগী ভুনেফম ওইরিবী শ্রীমতি রাধিকানা মবুংঙোবু চেৎনা কোনশিঞ্জরগা "রাম" হায়বা ৱাহৈনা ভাব মরীদা সম্বোধন তৌবী। ভাব মরী অদুদি বিপ্রলব্ধ, কলহন্তরিতা, স্বাধীনভর্ত্তৃকা অমসুং প্রোষিত ভর্ত্তৃকানি। অসুম্না ইবেম্মনা ইবুংঙোবু চিংশিঞ্জরগা চেৎনা প্রেমালিঙ্গণ তৌবদগী ইবেম্মা অসি ইবুংঙোদা তিনশিনখরে।

মতৌ অসুম তৌনা হরি নাম ১৬ অসি ওইখিবনি। নাম ১৬ অসিদা "হরে" ৱাহৈ ৮ অদুগা "কৃষ্ণ" ৱাহৈ ৪ অমসুং "রাম" ৱাহৈ ৪ নি। নাম ১৬ অদুদি ঃ- হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে। হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।। নাম ১৬ অসি মহা মন্ত্র নামনি। মসিদা বৃন্দাবন্দা শান্নবা রাধা কৃষ্ণগী মধুরসনা থল্লবা প্রেম রসগী লীলা পূম্বা য়াওরবনি। মদন মোহন কৃষ্ণগা মদন-মন-মোহিনী-রাধাগা তিন্নবদা রাধা কৃষ্ণ অমত্তা ওইখিবা মতমদা ফুদোংলবা স্নাগী কুচুনা শ্রী গৌরসুন্দর ওইনা থোরকলে। মওংদা শ্রীগৌর মন্ত্ররাজগী মওং লৌদুনা হরিনাম স্বরূপ ওইদুনা ফজবদা মপা লৈতনা ব্রহ্মতেজনা পুমঙান ঙান্না লেপখি। শ্রীকৃষ্ণনা রাধিকাদা তাকপিখি, —

হে রাধে মুন্না তারো ! অসিগুম্বা মুর্ত্তি অসিনি কলিদা নং ঐনা পুনবা অবতার তৌগদবা অদুগা হরি নাম প্রচারক বিশ্বম্ভর ওইবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মিংথোনবা মহাপুরূষ অদুনি। খাইন মৈশা লাংবগী শক্তমনি কৃষ্ণ ঐমক ওইদুনা মাইথোংনা রাধা নংগী শক্তম লৌদুনা নহাক্লা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা থম্বা প্রেমগী লমন শিংলগদৌরিবনি। হরি সংকীর্ত্তন শক্তুনা কলি জীববু লানবিগদৌরিবনি লাইবক ফবা কলি যুগনি। হন্দক্কী কলি যুগ অসি ধণ্য কলি হায়বনি। বেদ ব্যাসনা ধণ্য কলি হায়না তাকপিরম্মী।

---

**মথক্তা ইজরিবা রস খরদি শ্রী নিংথৌজম খোলো সিংহনা ইবা আর্তিকলদগী লৌথোকচবনি।**

---

## ঈশৈ

ধণ্য কলি যুগতা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু
খোংদারে মালেমদা ভক্ত রূপ লৌদুনা।
জীবগী মৈচাক পাপ, তাপ পুম্বা কোকপিরে,
অমম্বা পুক্লিংবু ঙালহনবিরে গৌরনা।

শ্রীকৃষ্ণগী রাখল অহুম পাংথোক্লগে,
রাধাগী প্রেম লমন শিংলগে খন্দুনা
রাধা কৃষ্ণ অনিনা অমত্তা ওইনা,
গৌর মিংথোন্দুনা ঙাল্লরে নবদ্বীপতা।

রসরাজ কৃষ্ণনা নুংদা লোৎশিল্লে,
রাধাগী কুচুনা পান্দা ফোংলরে।
নোংহৌঙম্বা কৃষ্ণ খোইথুম্ল শ্রীনামদো,
গৌরাঙ্গ কৌদুনা জীববু লানবিররে।

**ব্যাখা** — গৌরনা তাকপিরকখি। কৃষ্ণ প্রেমগা মান্নবা ললদি লৈতবনি। অমাং অতা লৈতবনি। শোল্লিবা মীসু তারিবা মীসু পূণ্য চপ মান্ননা ফংবনি। দেহদা লৈবা রোগ পাপ পুম্নমক কোক্তুনা বৈকুণ্ঠ ধাম হেক্তা ফংজবনি। নামগী মহিমা গুন্দি অঙকপনি হায়না নারদ ঋষিনা তাকপিখি দ্বারকাদা লৈবা কৃষ্ণগী ইবেম্মশিংগী মফমদা। পারিজাৎ হরণগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা খলগী আসন অমদা লেঙশিন্দুনা ফম্মী। আসন অমদনা তুলসি পত্রদা হরে কৃষ্ণ নাম ইরগা থমমী। খল অদু থাঙ্গৎপা মতমদা কৃষ্ণ মশামক্লা তেরা মফোলগুম য়াংই অদুগা হরে কৃষ্ণ ইবা তুলসী পত্র অদুনা শনজিংগী মতৌগুম লূমদুনা লৈহৌই।

## ঈশৈ (নাম প্রচার)

হরি নামগী অথোইবা গুণ
ব্রহ্মা শিবমক্তা খঙবা ঙমদে।
অনন্তনা শৈথাবা ঙমদ্রবা,
সরস্বতীনা শকপা লোইদ্রবা।

ধ্রুব নারদ প্রহলাদ যোগীনা
নিংবদা ফংঙমদে হরি মাবু।
থম্মোই মশক খঙলবা হরিনা,
দর্শন পীনবী তোল্ল জীবদা।

নারদ ঋষিনা যমগী লৈবাক্তা,
হরে কৃষ্ণ নাম হেক শোনবদা,
নরক্তা লাক্লরম্বা জীবশিং,
লোইনা কাখিদো স্বর্গ লোক্তা।।

আজামিন ব্রাহ্মনা মাগী মচা,
নারায়নবু হেক্তা কৌজবদা,
বৈকুণ্ঠ ফংখি নামগী গুণতনা।
খংনা শোল্লসু খংদ শোল্লসু।।

## নাম প্রচার

শ্রী কৃষ্ণগী নামদি অমৃত হেনবনি,
হরি মশাদগী নামনা লুম্বা হেল্লি।
হরে কৃষ্ণ মহা মন্ত্র শোঞ্জবনা,
কলিগী মৈচাক পাপ তাপ পুম্বা মাঙখিনি।

লানঙমদ্রবা ঈপাক; লানবিগনি জীববু
শ্রীকৃষ্ণনা হীরোই হীনাও শাবিদুনা।
ভাগবত গীতানা শাক্ষিনা ইখ্রবা,
বেদ ব্যাসকী পাওতাকনি তাকপিরি গৌরনা।

**হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্**
**কলৌ নাস্তেব নাস্তেব গতি রন্য থা।**

হরি নাম্না অথোইবনি অহেনবনি,
হরি নাম্না অমত্তা ওইবা পাম্বৈনি।
হরি নাম্না কলি মৈচাক মাঙহনবনি,
তাকপিখি ব্রহ্মানা মচা নারদ ঋষিদা।

**ব্যাখা** — কৃষ্ণদাস কবিরাজনা চৈতন্য চরিতামৃতদা অসুম্না ইবিরম্মী মদুদি — শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাসল্য, মধুর-রস — ভক্তি ভাব মঙা অসি কলি জীবনা শ্রীকৃষ্ণবু আরাধনা তৌজবদা অচেৎপা পাম্বৈনি। শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভূনা খরমখৈ বর্ণন তৌরম্মী। শান্ত ভাবতা ব্রহ্মাগী মচাশিং সনক, সনন্দ, সনাতোন, সনতকুমার, বশিষ্ঠ, ভৃগু, অঙ্গীরা কর্দম, কর্তুনা শ্রীকৃষ্ণবু নিংজৈ।

**সখ্য, ভাব, ভক্তি**

শ্রীকৃষ্ণবু মরুপ ওইনা নিংজবা য়াই। মদুদি ব্রজ গোপশিং অমদি পঞ্চ পাণ্ডবশিংবনা সখ্য ভাব ভক্তিদা শ্রীকৃষ্ণবু নিংজৈ।

**বাৎসল্য ভাব ভক্তি**

মমা ওইবীশিংনা মচা ওইনা কৃষ্ণবু নিংবা য়াই। মদুদি ব্রজ রমনীশিং অমদি যশোদা রাণীনা গোপালবু নুংশিবদি ঙমখৈ লৈতবনি। মরম অসি লৈবনা যশোদানা নহাল মপোক্তা ধারা কৌবীনা গোপালবু মচা ওইনা ফংজগে হায়না শ্রীকৃষ্ণদা নিজখিবা অদুনা গোপালবু মচা ওইনা ফংজদুনা বাৎসল্য প্রেমদা অঙকপা ওইখি।

**মধুরস ভাব ভক্তি**

ব্রজ সখীশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা থম্বা প্রেম ভক্তি মধুর রসনা থল্লবা রাস অদুবু খঙনৈ। জগত্তা লৈরিবা মুনি ঋষিশিংনফাও ব্রজ গোপী ওইনা পোক্তুনা রাস য়াওবা ফংজখি।

অসুম্না ব্রজ প্রেম ভাবতা লুপ্পুনা গৌরনা ব্রজগী প্রেম রসবু য়েনবিরি কলি জীবদা। লৌরো লৌরো তাকপিরি কলি জীবদা কৃষ্ণনাম মহা মন্ত্র শোল্লগা কোক্কনি কলিগী তাপ অহুমগী মৈচাক। যমগী অকিবা অমুক লৈররোই। হরি নাম শোঞ্জবনা লানগনি তাইবং সমুদ্র অকিবা লৈতনা ইরাই লাইনা।

## ঈশৈ

ব্রজ প্রেম য়েনবিরি গৌরাঙ্গনা
উপাই লৈত্রবা কলি জীবদা।
লৌরো লৌরো গোপীগী কৃষ্ণ প্রেম,
রাধাগী থম্মোইদা লাৎচবা কৃষ্ণবু।

তোল্ল তারবগী মরুপ গোপাল
ষন শেনমিন্নে হরাওনা গোবর্দ্ধন্দা।
ভক্তগী মখা পোনবা শ্রীকৃষ্ণনা
ইতাও ইতাও কৌবিদো রাখালশিংদা।

বাৎসল্য প্রেমদা ঙাওরে যশোদা,
মচাগী শনশেন মাইকৈ য়েংজখি।
মধুররসনা থল্লবা রাস লীলা,
শান্নখি ব্রজ সখীশিং লোইননা।।

## ঈশৈ

কৃষ্ণ প্রেমগা মান্নবা লল্
লৈতে লৈরোই চাংদম্নফম।
থম্মোইতা পাম্বা শ্রীহরিনি,
অশেংবা ভক্তি হেক্তা লৌবি।

কাওগনু প্রেম অথোইবনি,
সনা লুপানা কৈদৌনি।
নুংশিবনা খুদুম চনবা,
ইবুংঙোনি চানবিহৈবনি।

কৃষ্ণ প্রেম ঈপাক লূপ্তুনা
শোঞ্জৌ হরি মাগী মিংলেন
লানঙমদ্রবা মায়া সংসার
মাতনা লান্ন পাম্বেনি।

**ব্যাখা** — শ্রীহরিনা প্রেম কেলি লীলা শান্নগে খনবিদুনা শেম্বীরম্মী অথোইবী বৃন্দাবন। ভক্তিগী মশক ওইরবী বৈচিত্র প্রেমগী মুর্ত্তি লৌরিবী শ্রীমতি রাধিকা অমদি ব্রজ সখীশিংগা রসনা থল্লবা অমৃত হেনবা রাস অমদি নৌকাবিলাসনচিংবা লীলা শান্নবিখি ব্রজ বৃন্দাবন্দা। বৃন্দাবন্দা শান্নখিবা লীলা অদু মপুং ফানা শ্রীধাম নবদ্বীপতা গৌরাঙ্গ ওইনা অবতার তৌবিদুনা ব্রজগী লীলা অমত্তা চীংখদনা শান্নবিররে। নবদ্বীপ অসে অনিশুবা বৃন্দাবন্নি। শ্রীহরিনা, গৌরাঙ্গ ওইনা অবতার তৌবিদুনা হরি সংকীর্ত্তন অমদি হরিনাম শোনবিদুনা, তম্বীদুনা কলি জীববু লানবীরগে হায়না ব্রজগী গোপীশিং অমদি সখাশিং পুন্নমক অমত্তা চিংখদনা নবদ্বীপতা শান্ননবগীদমক লোইনা পুরকখি।

| ব্রজ লীলা | | | নবদ্বীপ লীলা |
|---|---|---|---|
| ১) | ললিতা সখী-না | — | শ্রীস্বরূপ গোস্বামি |
| ২) | বিশাখা-না | — | শ্রীরামানন্দ রাই |
| ৩) | চিত্রা-না | — | শ্রীসিবানন্দ সেন |
| ৪) | চম্পাক লতা-না | — | শ্রীরাঘব পণ্ডিত |
| ৫) | রঙ্গ দেবী-না | — | শ্রীগোবিন্দ ঘোষ |
| ৬) | সুদেবী-না | — | শ্রীবাসু ঘোষ |
| ৭) | তুঙ্গবিদ্যা দেবী-না | — | শ্রীমাধব ঘোষ |

অসুন্না বৃন্দাবন নবদ্বীপ অনিসে করিসু খেন্নদে। মমিংতা হোংবনি শান্নফমনিনে জগৎকী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী।

# ঈশৈ



**শঞ্জ কহারবা**

প প ম

বৃন্দাবন নবদ্বীপ করিসু খেন্নদে,
মমিংতা হোংবনি শান্নফমনি কৃষ্ণগী।
ব্রজদা শাৎলম্বা অশংবা থম্বাল
ওইররে হৌজিক্লা স্নাগী থম্বাল।

ধ ধ র ব

রসনা থল্লিদো বৃন্দাবন্দুনা,
ভক্তিনা নৈতেংলে নবদ্বীপসিনা।
ব্রজদা শান্নবা লোইনাইদ্র লীলা,
শান্নররে গৌর নদীয়াদা।

স র র

ব্রজদা কৌরম্মী — কাহ্নাই বলাই
নবদ্বীপতা কৌররে নিমাই নিত্যাই।
ব্রজদা ওইরম্মী গোপীগী থৱাই,
হৌজিক্লা ওইররে ভক্তগী থৱাই।

সখা সখীশিং পুরকই লোইনা
চিংখদে থনমদে সিদাম সুদাম।
ললিতা বিশাখা কৌরম্বী অনিদো,
স্বরূপ রামানন্দ কৌররে হৌজিক্লা।।

# শ্রীকৃষ্ণ অবতার

**ব্যাখা** — শ্রীকৃষ্ণ নাম নত্তনা কলি যুগ অসিদদি লান্নবা উপাই লৈতে। জীবগী লান্নবা উপাইদি শ্রীকৃষ্ণ নামতনি। হরি নামবু লেন্না য়েনবিররে শ্রী গৌরাঙ্গ প্রভূনা। নিংশিংলক্রে গৌরনা শ্রীকৃষ্ণগী অবতার — শকলি শোল্লি গৌরনা মিৎলুদা প্রেম ঈহৌনা গঙ্গানা অঙৌবা চীং হিমালয়দগী চেম্থরকপগুম।

### শ্লোক

**জয়তি জয়তি দেবো দেবকী নন্দনসৌ**
**জয়তি জয়তি বৃষ্ণিবংস প্রদিপ।**
**জয়তি জয়তি মেঘ শ্যাম্ কমলাঙ্গ,**
**জয়তি জয়তি পৃথি ভার নাশ মুকুণ্ড।**

**ব্যাখা** — জয় ওইরে, জয় ওইরে দেবকী যশোদা মচানা, জয় ওইরে জয় ওইরে বৃষ্ণি বংশ থাংমৈনা। জয় ওইরে, জয় ওইরে ফুইনা নোংহৌ ঙমজবা শ্যাম; জয় ওইরে, জয় ওইরে পৃথি অরূম্বা কোকপিবা মুকুণ্ডনা।

মতম অমদা লৈবাক্কী নিংথৌশিংনা হিংচাবগী শাজৎ চত্নুনা প্রজাবু য়াম্না তমথিনা ওৎ-নৈবিখী। পৃথি মাতানা খাঙবা ঙমদ্রদুনা শম্বীগী শক্তম লৌদুনা ব্রহ্মাদা হঙ্গৎচৈ। ব্রহ্মানা পুরূযোত্তম্ পরং ব্রহ্ম ভগবানবু অরাধনা স্তুতি তৌজখি। তাকপিরকখি — "ভগবান্না দ্বাপর যুগতা দেবকী বসুদেবগী মচা ওইনা অবতার তৌগনি, পৃথিগী অরূম্বা কোকহনবিগনি হায়না আকাশবানী তৌবিরকখি।"

অসুম্না ভগবান্না থবান থাগী নিপান্নি পানবা (শিথরকপগী) য়ুমশকৈশ নুমিত্তা কংসগী কৈশুমশংদা দেবকী বসুদেবগী মচা ওইনা অবির্ভাব ওইবিখি।

মতাং অসিদা গীতাগী মতাংদা মহাভারত পর্ব্বদা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী সখা আর্জ্জুন্দা কৃষ্ণগী অবতারগী মরমদা শ্লোক অমত্তং ইজরি মতাং চারে খঞ্জদুনা। অরানবা ঙাকপিগনি।

**"যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি ভারত**
**অভ্যুত্থানম ধর্ম্মস্য তদাত্মানং সৃজাম্যহম;**
**পরিত্রানায় সাধুনাং বিনাশায়-চ-দুষ্কৃতাম্।**
**ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে।"**

**মণিপুরি** — অর্জ্জুণ ! যদা যদা হি - করি করিগুম্বা মতমদা, ধর্ম্মস্য - জীব পুন্নমক্কী য়াইফন্নবগীদমক বেদনচিংবা শাস্ত্রনা তাকপা প্রবৃতি অমসুং নিবৃত্তিগী মশক ওইবা ধর্ম্মগী, গ্লানির্ভবতি - ময়েং তাবা ওই। অভ্যুত্থানম-অধর্ম্মস্য তদা ত্মানং সৃজাম্যহম - অধর্ম্মস্য - অদুগা বেদনচিংবা শাস্ত্রগী মতুং ইন্না চত্তবা অধর্ম্মগী, অভ্যুৎথানং - চাওখৎপা ওই, তদা - মতম অদুদা, অহং - ঐনা, অত্মানং সৃজামি - মায়ানা হকচাংবু শেম্মী। সাধুনাং - অফবা লমচৎ চত্তুনা পূন্যগী থবক তৌবা মীশিংগী, পরিত্রানায় - ঙাকশেন্নবগীদমক, দুস্কৃতাং-চ- — অদুগা ফত্তবা লমচৎ চৎপা পাপকী থবক তৌবা মীশিংগী, বিনাশয় - মাঙহনবা তৌগে হায়বগীদমক, ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায় - ময়েং তাদুনা লৈরিবা ধর্ম্মবু অমুক হন্না চাওখৎহন্নবগীদমক (লিংখৎনবগীদমক), যুগে যুগে সম্ভবামি - যুগ যুগ খুদিংদা ঐনা অবতার লৌদুনা ইশাবু ফোংদোকই।

অপুনবা আর্থ — "হে ভারত ! করি করিগুম্বা মতমদা ধর্ম্ম ময়েং তাই অমসুং অধর্ম্ম চাওখৎলি, মতম অদুদা ঐনা মায়ানা হকচাং শেম্মী। অদুগা অফবা মীশিং ঙাক্লবগীদমক, ফত্তবা মীশিংবু মাঙহন্নবগীদমক যুগ যুগ খুদিংদা ঐনা অবতার তৌই।

## ঈশৈ

জগৎকী মবুংঙো হে কৃষ্ণ
লেঙবিরকলে মর্ত্ত লোক্তা।
মালেমগী লৃম্বা কোকপিনবা,
সাধু বৈষ্ণবপু কন্নবিনবা।

ধর্ম্মবু য়োকপিনবা,
ফত্তববু মাঙহনবিনবা,
ভক্ত কর্ম্ম জ্ঞান তাকপিনবা,
লেঙবিরকপনি মর্ত্ত লোক্তা।
পোকপিরকপনি মীওইপোক্তা।

ব্যাখা — থব্রান থাগী থাশিরমদাই, নিপান্নি পানবা, অহিং নোংয়াই, নোংনা ব্রা ব্রা চুথখিবা, তাইবং তুমখুন তানখিবা মতম

পুমঙান ঙাল্লে কংসগী কৈশুমশং
শ্রীকৃষ্ণগী মেঙল মঙালনা।
তাকপিরে কৃষ্ণনা বসুদেবদা,
থৈবিরো নচাবু নন্দগ্রামদা।

ব্যাখা — শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অঙকপনি। পোকপনি কৃষ্ণ যোগমায়া ফাইবোক ওইনা, লাইবক ফবী যশোদানা নন্দগ্রামদা। কনানা খঙগনি মাগী লীলাবু। দেবকীনসু শ্রীকৃষ্ণবু পোকপনি কংসগী কারাগারদা। দেবকী কৃষ্ণ যশোদা কৃষ্ণ অমত্ত ওইনা তিন্নখি। — (হরিবংশ পুরান)

## ঈশৈ

তিন্নখরে দেবকী কৃষ্ণগা
যশোদা কৃষ্ণগা অমত্তা ওইনা।
দেবকী যশোদা অনিমক্না,
ফংজে কৃষ্ণবু মচা ওইনা,
মখোই মখোইগী পূণ্য ফলনা।

## ব্যাখা/ঈশৈ

ধ্রুব নারদ প্রহলদ যোগীনা
নিংবদা ফংঙমদ্রবা চরন থম্বাল,
ফুইনা নোংহৌ চুড়ানা চেপলপ,
চরন্দা নুপুরনা লৈতেংবা হে শ্যাম্।

(গোপালগী অঙাং ওইরিঙৈগী কৌমার অমসুং পৌগণ্ডগী মতম অদু ইজররোই। নিতি লীলাদি কৈশোরগী চহি চংলকপা মতমদা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী লীলা হৌবনি।)

# শ্রীমতি রাধানা মর্ত্তদা লেংথরকপা

শ্রীকৃষ্ণনা কংসগী কারাগাড়দা খোংদাবিখ্রবা মতুং নুমিৎ ১৫ নি কোনবা মতম লাংবনগী শুক্লা অস্তমি নুমিৎ য়ুংবা অভিজিৎ কৌবা মহুর্ত্তদা অনুরাধা নক্ষত্রদা যোগ তৌবা পুংফমদা মর্ত্তদা লেংথবিরকখি। বৃষভানুনা শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোইননা ইন্দ্রি খুদুম চন্দুনা (ক) জ্ঞান ইন্দ্র মণ্ডা, (খ) কর্ম্ম ইন্দ্রি মণ্ডা অমসুং মন (পুক্লিং) য়াওরগা ইন্দ্রি তরামাথোই লাকশিন্দুনা শ্রীহরিবু অরাধনা তৌজবদা লাপ্না উখি শরোবর অচৌবা পুখ্রি অমদা স্নাগী থম্বাল; য়েংবদা নুমিৎকী মঙাল ঙমজবা ফুগাইনা শাৎপা অদু উজবদা ভানুনা থম্বাল অদু শ্রীকৃষ্ণদা কচ্চনিংখি। য়াম্না যতন তৌনা হেকচরে থম্বাল অদু। মতমদুদা অকাশবানী লাওরকই — "হে বৃষভানু বরষালগী গোপ নিংথৌ! নংনা থম্বাল অদু পুরগা নংগী মহারানীগী মতম্বাক্তা থাদজৌ অদুগা খংহৌদনা নচা নিংঙোল অমা ফংজগনি।"

থিন্দনা ভানুনা থম্বাল অদু ফিগাওদা হাপ্তুনা কীর্তিদাগী তম্পাক্তা থাদবদা, জগৎ শুমহৎপা শক্তম ওইবা স্না অহিংবগী কুচুনা লৈতেংবা নুমিৎকী মঙাল ঙমজবা শ্রীরাধানা মালেমদা অঙাং ওন্দুনা অবতার তৌবিরে।

## রাধা ষ্টমি

লেংথরক্লে ইবেম্মা রাধানা,
গোলোক থাদোক্তুনা রাভেল গ্রামদা
(গোলোক থাদোক্তুনা বরিষালদা।)
শাৎলরে স্নাগী থম্বাল ওইনা
শরোবর পুখ্রিগী ইয়াইদা।

লাওরকখি আকাশবানী খোঞ্জেলনা
হে বৃষভানু নংগী নিংবা মহৈ য়াম্লে।
ফুগাই' শাৎপা নিংথিবা থম্বালদো,
হেক্তুনা পুজখরো নমোম্ ওইনা।

পুরকলে থম্বাল ফিগাওদা য়োমদুনা,
থাদরে কীর্ত্তিদগী মতশ্বাক্তা।
খঙহৌদ ওনখরে রাধাগী শক্তম্
জগৎ শুমহৎপী নৌজবী লেমজবী।

স্নাগী কুচু থাজগী মাইথোংনি,
কাম কোটি হেনবী রাশিনা চংখোনবী,
মিৎফম হোংঙমদে প্রেমগী মুর্ত্তিনি,
গোবিন্দগী হকচাং তঙ্খাই ওইবী।

**ব্যাখা** — সিদামগী শাপ ফংলবী রাধানা বিধিগী নোংদমনা কৃষ্ণগী দর্শন ফংবদা লোন্না লোন্না ফংজবা তাখি। কল্লিদা সিদামগী শাপ ঃ-

(১) নপুংশক আয়নগী নুপী ওইয়ু।

(২) শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন লোন্না লোন্না ফংবা ওইয়ু, বীরোজা সখীনা কৃষ্ণবু লোন্না লোন্না দর্শন ফংবগুম।

(৩) গোপী নিংঙোল ওইনা পোক্তুনা কলঙ্কিনী রাথোক চাওবী ওইয়ু।

(৪) চহি ১০০ শ্রীকৃষ্ণগা কায়নৌ।

সিদামগী অকনবা শাপকী চৈথেং ফংলদুনা ইবেম্মা রাধাগী কোকথক্তা ব্রজ কোটি তাবগুম অরাবা পন্দোম লোমদুনা শ্রীকৃষ্ণদা সিদামগী শাপ হঙ্গৎচবদা ইবুংঙোনা তাকপিখি — "হে রাধে! করিসু অবাবা তৌগনু নং ঐ বৃন্দাবন্দা রাস শান্নদুনা জগতা প্রেম ভক্তি য়েনগনি। শ্রদ্ধা ভক্তি অচেৎপা ভক্তিগা লোইননা রাধা কৃষ্ণগী নাম্ব জপ তৌজরবা হৃদিদা চেৎনা শোঞ্জরবা মীশিং অদুগী পাপ পুম্নমক কোকচদুনা ঐগী নংগী নাক্তা লৈজবা ওইসনু। হে রাধে! ঐনা নংবু কৈদৌঙৈদা থাদোকলোই। ঐগী মীপুক হুবা বাঁশীনা নংবু রাধা রাধা কৌদুনা নংগী থম্মোইদা তনিক তনিকহনগনি।" অসুম্না পুমমেন পাওমেন্নদুনা মপু মনাই অনি মর্ত্তদা বৃন্দাবন্দা লেংথরকপনি তুংথ-মাংথ।

# নিতি লীলা হৌবা

**ব্যাখা** — শ্রীগৌরাঙ্গসে শ্রীকৃষ্ণমন্নিনা দ্বাপরদা ব্রজদা শান্নখিবা লীলা পুন্নমক হায়বদি বাল্য লীলা গোষ্ঠ লীলানচিংবা নিংশিংদুনা কৌরকলে ব্রজগী মীপুম খুদিংমক — ইমা যশোদা নংনা নচাবু কয়াদা নুংশিবিবা — হে বাবানন্দ ইপা ইবুংঙো, দাউজী বলরাম — নুংশিরবা সখা ময়াম — শম্বী-শন্নাও পুন্নমক কদায়দা লৈখরে। কদাইদনো যমুনা শকহেনবী! কদাই কৈদা লৈখরে গীরিরাজ গোবর্দ্ধন। হীক্লা হীক্লা কপ্লকলে গৌর। ব্রজ ভাবত ভাবাবেশ ওইরে।

### ঈশৈ

ব্রজ ভাবতা লূপ্লে গৌরাঙ্গসে,
কৌরক্লে ইমা যশোদা ইমা।
নচা কৃষ্ণবু কয়া নিংবিবা,
ইমাগী লমন তোক্লে নচানা।

কদায়দনো সিদাম সুদাম সুবল,
কৈদা লৈখরে য়াম্বুং বলরাম,
কৈদনো গীরিরাজ গোবর্দ্ধন
কালিন্দি যমুনানা কদাইদা।

হে ইমা করম্ন কাওনি নচানা
ইমানা ননি মাখন পীজবদো।
চুরা চেপ্পা ফিজেৎ লৈতেংবিবা,
ষনশেনবা চৎলমদাইদা ইমানা।

ধবলী শাবালি কালি সুরভী
কৈদনো নখোই লাকওনে ইনাক্তা।
ঐগী বাঁশী শুর তাবদা নখোই
ঐগী নাক্তা চেনশিল্লকপা নৎত্রা?

ব্যাখা — প্রাতঃ কালগী মতমদা ভগবতী পৌর্ণমাসি দেবীনা শ্রীকৃষ্ণবু হৌদোকপা লাক্লম্মী। মমা যশোদানসু মচা গোপালবু তুম্বদগী হৌদোক্লম্মী। ইমাগী কাহ্নাই হৌগৎলো থেংলে। ব্রজগী শনশেন্নহাশিংনা কৌরকলনি শনশেনবা চৎসি হায়না। অয়ুক্কী প্রাতঃ কর্ম্মনচিংবা লোইথোকলো।

ঈশৈ

ইমাগী গোপাল হৌগৎলো থেংলে,
য়েংউ নোংঙাল্লে ফাওরক্লে মঙাল।
মোমোন নোকলিনে কোরৌ হনবা,
নঙসু নোকলোনে ইমাগী মনি।

কোরৌগী শুমহৎপা ঙাংঙ্খাবা মঙাল
খিকথরক্লেনে মনি মুক্তা মালেমশিন্না।
নুংশিদরা য়েংউ মপুগী লৈকোন,
মালংনা হুমলি লৈনম পুদুনা।

চেক্লাগী য়াকাইরোল নুংশিবা শুরনা,
কোরিনে নংবু হা কৃষ্ণ হৌগৎলোনে।
লৈরাংনা নোকচরি নঙবু য়েংদুনা,
খোইমুনা শকলি নংগী নগুণ।

ব্যাখা — ইবুংঙো লেঙখৎলে। যশোদানা কুণ্ডলতা থাদুনা শ্রীমতি রাধিকাবু যাবত্তগী কৌদুনা লুক মথেল লুকোই লাংহল্লে। শ্রীকৃষ্ণসু প্রাতঃ কী কর্ম্ম লোইরদুনা শঙ্গোম শুমলুরগা চাইথরে। শ্রীকৃষ্ণ বলরামনচিংবা পুন্নমক লুক হাবা লোইরে। গোপাল কহ্নৈয়ানা মমা যশুমতি অমদি পাবুং বাবা নন্দ নিংথৌগী মফমদা ৱাকৎচরকই।

ঈশৈ

তাবিয়ুনে ইমা নচা ঐগী ৱাকৎসে
তাবিয়ুনে বাব নচা ঐগী ৱাকৎসে।
দদানা ঐবু কালা হায়না লকনৈদো,
ঐনা কয়া ইকাইনা খাংজবা ইমা।

হায়বিয়ুনে ইমা তাকপিয়ুনে বাবা
তাকপিয়ুনে ইমা ঐহাকসে কনানো ?
গোপ মচাসু মান্দেনে হায়বিদো
তাকপিয়ুনে ইমা ঐহাকসে কনানো ?
ঙরাং শঞ্জেলবুংদা ৱা ৱা লাওনা নোকনৈদো,
ঐগী মিচংদা কনা অমত্তা লৈতেনে
ঐনা কয়া ইকাইনা খাংজবা ইমা।

ব্রজদা লক্লেদো কালা কালা হায়দুনা,
ননি মাখন চাজবা, হুরানববু শিবিরে।
ঐনা কনাগী মপোৎসু চাজদে।
ঐদি কনাগী মরলসু হুজদে।
ঐগী ইপোত্তা চাজবনি ইমা ও।
তাবিয়ুনে ইমা নচা ঐগী ৱাকৎসে।

ব্যাখা — মচাগী ৱাকৎ তাবদা যশোদানা মোমোন নোক্লা হায়রকই — "নয়াম্বা বলরামনা নংবু চুম্না লক্লজবতনি। গোপাল নংদি ঐগী ইচা অশেংবনি। নংগী কুচুদি অমুবা নত্তেনে। জগত্তা লৈরোইনে ইচাগী কুচুগুম্বা। নংদি ফুইনা নোংহৌ ঙমজবা, ফজবতনা নংগী শক্তম ওইবনি। ইচাগী শক্তমদি তোপ তোপ্পনি।"

পুর্ব্বাহ্নগী মতমনি। সিদাম সুদাম সুবল মধুমঙ্গোল সখা ময়াম তিল্লরে নন্দগী শঙ্গাইদা। ধবলী শৱালি কালি সুরভীনচিংবা যনয়াম্না গোপাল কহ্নৈয়াগী মাইকৈ য়েংদুনা হম্বা হম্বা খোংলক্লে। সখা ময়াম্না কহ্নৈয়াবু তোইনা তোইনা কৌরক্লে।

## ঈশৈ

হো ইতাও কাহ্নায় (৩)
থেংখরে থোরক্লো চৎলসি শনশেনবা
হো ইতাও কহ্নৈয়া, কৌজরি নংবু হা ইতাও
যনয়ামসু খোংলি হম্বা হম্বা।

নংতবু খৌরাংনা ঙাইজবা
ইঙাইথক্কী গোপ ঐখোইনি।

ব্রজগী থাজ ওইবা হে শ্যাম (২)
উৎলরো নংগী নুংশি মাইথোং।

কনবিদো নংনা গোপশিংবু (২)
শিরবা ঐখোয় লাম্মৈদগী।
করম্না চৎকনি নং য়াওদনা
অকিবনা থনবা শুক্রবা বন্দা।

সুরারেনগী নোং নুংশিৎ বজ্র (২)
কনবিদো গোবর্দ্ধন থাঙ্গত্তুনা।
ব্রহ্মানা লোৎপা গোপশিংবু (২)
কনবীবা নংনি হে কহ্নায়া

**ব্যাখা** — মচা গোপালব্ নিরুপ অমত্তং উদবদা লৈওমদবী যশোদানা হায়বকই রাখালশিংবু য়োংদুনা।

## ঈশৈ (কহরবা)

ন ধ প

চৎহল্লোই ওসি চৎহল্লোই,
গোপালবু শনশেনবা চৎহল্লোই,
ইচাবু যনশেনবা থারোই।

গ গ র গ

ইমাগী মণ্ডলান ওম্বোক্না নুংঙাইতে,
আকাশ মৈনা চাকলম্মী,
যমুনা তুরেলদা চুড়া ধড়া তাউরম্মী,
ইমাগী মণ্ডলান ওম্বোক্না নুংঙাইতে।
লাম্মৈনা ইকোই কোই, ইচানা ময়াইদা লৈরম্মী
অরাবা শকফমদা উরম্মী।

অহল ওইনা তাংনা ফংজবা ইচানি,
থরাইদগী হেন্না নুংশিনা থমজবা।

থরাইনা চৎখ্রগা করম্না হিংহৌনি,
ঙমলোই, ঙমলোই, ইচাবু থাদোকপা ঙমলোই।

**ব্যাখা** — যশোদাগী রাঙাং তাবদা সিদামনা যশোদা নাক্তা চঙলক্কুনা খুরুমদুনা হঙ্গৎচৈ — "তাবিয়ু ইমা যসুমতি রানি ইতাও কাহ্নাইসে ষনসেনবা চৎহনবিয়ু। মহাক্না ঐখোইগী থরাইনি, ইতাও য়াওদনা ঐখোইনা করম চৎকনি।

## ঈশৈ

ইমা যশোদা পীনরো নয়াথং
ইতাও কাহ্নাইবু শনশেনবা চৎহল্লু।
থেংখরে ইমা শনশেনবগী মতম
কাহ্নাই য়াওদনা চৎকনি করম্না।

শুক্লবা বন্নি অকিবনা থল্লি,
হিংচাবা লাক্লো ইতাওনা থেংনৈদো।
ইতাও কাহ্নাইসে ঐখোয়গী থরাইনি,
মাতনা গোপ ঐখোইগী মরূপনি।

**ব্যাখা** — যশোদা রানিনা সিদাম য়েংদুনা হায়রকই — "ইমা রা হায়গে সিদাম, ষনশেনবা চৎকনু; ইমানা হায়বা ইল্লু! ঙরাং অহিং ইমাগী মঙ য়াম্না ফত্তে নুংঙাইরমদে। অমঙ্গল ঙাক্তা উরম্মী। ঈশিং শোক্কে চৎলুবদা যমুনাদা সনাবুল তাওথখিনে, ঈগী নোং চুরম্মী, লীল ময়াম থোক্রম্মী, আকাশ মৈনা চাকলম্মী। ধুমকেতু থোকলম্মী, কালিন্দী যমুনাদা চুড়া ধড়া তাওরম্মী।" যশোদাগী ৱাহৈ তাবদা মধুমঙ্গোলনা হায়জরকই। মধুমঙ্গোলনা খুৎ লোন্নবা হঙ্গৎচৈ। তাবিয়ু ইমা হৌখ্রবা থৌদোক ঙাক্তনি ঐ লিজগে তাবিয়ু।

## ঈশৈ

অঙকপা নচানি গোপালসে ইমা
লাম্মৈসু মানা হেক্তা থকচিল্লি ইমা।
মকোক চামা পানবা কালিগী থক্তা
নচানা শাবা তাণ্ডব জগোই,
মহাদেবনা জগোই শাবগুম্মী
জগৎ সংহারগী মতমদা ইমা।

ফজৈদা নিংথিজৈ চাংদমফম লৈতে,
খুত্তা বাঁশী, খোঙদা নুপুরনা নিনবা।
ঝন ঝন ঝন লৈনা লৈনা শারকপা
খাঙঙমদে কালিদো ঈতনা পুমঙাং ঙাংই।

**ব্যাখা** — পাও অসিমসু তমগে তাবিয়ু ইমা — "নোংমা ঐখোইনা যনশেনবা চৎপা মতমদা ঐখোইগী গোপালনা মাইথোং থাজ কোটি ঙমজনা পুমঙান ঙান্না ফম্মী। ব্রহ্মা ময়াম অমা লাকখি। মমাই মঙা পানবদগীনা মমাই লিশিং অমা পানবা ফাওবা। মখোইনা শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ (চরণ) পায়দুনা খুরুমখি। তাঙ্গা অদুদা মমাই মরি পানবা চতুর্মুখ ব্রহ্মা লাক্কুনা মঙক্তা মফি য়েত্তুনা হীক্ল হীক্ল কপ্তুনা লৈবাক্তা থরো থরো ওন্দুনা ঐখোইগী গোপালগী চরণ পায়দুনা খুরুমজখি অদুগা খুকউ লৈতানা খুৎ লোন্ননা হঙ্গৎচৈ —"ঙাকপিয়ু ননাই ব্রহ্মানা লানখিবা, মরমদি হে কৃষ্ণ নংসে পরং ব্রহ্মনি হায়বা খঙজরুদদুনা লংজখরে শ্রীচরন্দা। চহি অমা চুপ্পা রাখাল অমদি শন্নাওশিং লোত্তুনা থমজখিবনি পঙলবা ব্রহ্মা ঐনা চীংনুং অমদা। হৌজিক্তি কচ্চরে শ্রীচরন্দা অমত্তা রাত্তনা রাখালশিং অমদি শন্নাওশিং।" অসিতসু নত্তে ইমা, লাইয়াম পুন্নমক সুরারেন অনন্তনচিংবসু লাক্কুনা ঐখোইগী গোপালবু খুরুম্বা লাকখি। করিনো খঙদে ঐখোইগী গোপালসে ঈশ্বররনে?

## ঈশৈ

সুরারেন লাকইদো ঐরাবৎ তোংদুনা
গোপালবু হেক্তা খুরুমজৈদো ইমা।
মমাই মরি পানবা ব্রহ্মাসু লাকই,
কোকয়াম পানবা ব্রহ্মাসু লাকই হে ইমা!

গোপালগী শ্রীচরণ কোন্দুনা কপচৈ।
মতোক লিশিং পানবা অনন্ত লাকই।
গোপালবু ছত্রগুম্না খাল্লি ইমা!
অঙকপা নচানি গোপালসে ইমা।
মানা ঙমদবা করিবু লৈবগে।।

**ব্যাখা** — গোপাল কহ্নায়াগী মতিক মগুণ শৈথারকপদা যশোদা রাণীদো মপুক্লিংদা মওল মওল খল্লকই। ইচাগী লাইবক অসে ওস্থোক্লা থীখরেদা: হেক পোকপদগী

হৌনা, দশা লাংফমতা তারবা ইচানি। পীশক পীকলিঙৈ নাওশুমদা লৈরিঙৈ পুতনা হিংচাবীনা হু তৈরবা অমৃত খোমলাং ইন্দুনা হাৎকে হোৎনরম্বদগী লাইগী নোংদম্না ইচা হিংহৌবনি, পুতনা হিংচাবী থৱাই থাখি। লোইবা নাইদে ইচাগী দশা — নোংমা কাং মখাদা শুমলিঙৈদা শকটাসুর হিংচাবনা কাং ওন্দুনা লাক্লগা ইচাবু তক্কুনা হাৎকে তৌখি। মদুসু ঈশ্বরগী কৃপানা হিংহৌবনি। মরমশিং অসি লৈবনা ইচাবু বন্দা থাবা পামজদেনে হে সিদাম। অদুম ওইনমক গোপ জাত্তা পোকপনা যনশেনবা তাবনি। চৎপা তারবরা ইমাগী নীলমনি, নংবো।

## ঈশৈ

ইমাগী ফিজিগী মণি গোপাল,
করম্না থাগনি যনশেনবা নংবু।
কল্লবা ব্রজগী নুংগাই লম্বীনি,
করম্না চৎকনি থোৎলবা খোংনা।

তোল্লি তোল্লি গোপ জাত্তা পোকপা,
যনশেন যনঙাক্লা শিনফম ওইবা।
পীক্লিবা ইচাবু চৎহনবা তারবা
অকিবনা থানবা শুক্লবা বন্দা।

মিকুপ অমত্তং উদবদা নংবু
যুগ কয়াগা মান্নেদো ইমানা।
লৈবা ঙমলোই নংনা চৎখ্রগা,
ইমাগী থৱাই ইমাগী মণি।

**ব্যাখ্যা** — মমাগী ৱাঙাং তাবদা গোপাল কহৈয়ানা মমাদা হায়জরকই — হে ইমা ব্রজগী রাখালশিংসে নচানা কয়াদা নুংশিজবা! মখোইনা ঐবু কয়াদা নিংজবা। মখোইবু ঐনা থাদোকপা শুকঙম ঙমদেনে হে ইমা!

## ঈশৈ

নুংশিদরা ইমা গোপ রাখালশিংসে
মখোইনা ঐহাক্কী চান্নবা মরূপনি।

মখোইবু উদবদা লৈফম খঙদে ঐদি,
চৎহনবিরো ইমা (৩) নচাবু ষনশেনবা।

শান্নেদো মখোইগা গোবর্দ্ধন তময়াদা,
ইরোইদুনা শান্নে যমুনা ইপাক্তা।
চামিন্নে বনগী উহৈ ৱাহৈ হেক্তুনা,
অয়াও অয়াওবা ননি মাখন চামিন্নে।

ঐবু উবদা ষন্না শজিক চাজেদো,
ষনশেনবা হায়বসে নুংঙাইবা শিনফমনি।
কয়াদা নুংঙাইজে শঙ্গোম য়াম্না থোক্লগা
ঐদি শঙ্গোম থকপা য়াম্না পামজৈ ইমা।

কয়াদা নুংশিজৈ ব্রজগী ইমাশিং
ঐগা থোইনা চান্নে ব্রজগী গোপীশিং।
গোপশিংনা ঐগা মাখল হুদুনা চামিন্নে,
চৈরগা পেঞ্জেদো মাখন চুরি কহৈয়া।
(চৈরগা পেঞ্জেদো মাখন হুরানবা কহৈয়া)

**ব্যাখা** — রাখালশিংনা হায়জবা তারগা অমদি মচা গোপালনা ষনশেনবা চৎনিংবগী মতৌ উবদা যশোদা রাণীনা মচাবু ষনশেনবা থারগে হায়না লেপলে। মচা গোপালবু ফিজেৎ লৈতেংবিরে ময়াম্বা বলরামগা লোইননা। ফজ-ফজবা পকচবা ফিরোল পুথোক্তুনা শেৎপিরে।

## ঈশৈ

সে সে কাহ্নায় ইমা ফি শেৎপিগে
কয়াদা নিংথিজৈ স্না ফিগে থোনবা।
কয়াদা পকচৈ স্না ফিগে শেৎপা,
খুত্তা খুজি খোংদা নুপুর নিনবা
ফজৈদকো খ্বাংদা কিঙ্কিনানা লৈতেংবা।
চেংলবা ইচাগী খোইমুগুম খ্বাংদা।

কস্তুরি চন্দন্না ইচাগী লাইবক্তা
নিনি পানবা থানা বিন্দু নর্মলিবা।
তৈবীগে হকচাংদা হরি চন্দন্না,
পুক্লিং হুরেনে অঙ্গ গন্ধনা।

চুড়া থেৎপিগে (ইমানা) চেপ্পপ্পা লেপ্পু,
পকচৈদা নাতোন্দা মুক্তা থিনবসে।
শংবান্ন থবাক্তা কৌস্তুভ মণি,
ফজৈদা গোপাল নংগী রাখাল ফিজেৎ।

য়েংউনে রুহিনী ইচাগী থবাক্তা
ভৃগু পাদ চিহ্ন লৈরিবসে য়েংউ।
পুশ্নম তাবা পাম্বোম মুরুলী পায়রিবা
শুমহৎলে যশোদা ঐবু গোপাল নংনা।

## সূত্র

রাম কৃষ্ণগী। ফিজোল শেৎপা লোইরে। যশোদানা মচাবু চিংনা য়েংদুনা হায়রকই। "ইমাগী ইবুংঙো গোপাল নংনা শনশেনবা চৎলমদাইদা, ইমাগী মাংদা জগোই অমুক্তা শারম্মু ইমা পেন্না য়েংহৌগে নিলমনী। নংনা অদুক্কী মতিক ফজনা শারগা অদুক্কী মতিক ননি মাখল পীজগনি। ব্রজগী নমা গোপীশিংবুসু ইচাগী জগোই য়েংহনগনি। জগোই শারো জগোই হৈব ইচানি।

## ঈশৈ

**প - ধ প ম (কাহরাৱা)**

জগোই শারো নিলমনী
ইমা য়েংগে জগোই শারো।
লৈনা লৈনা থেক্লা নৌনা,
শুমহৎলো পুক্লিংসে ইচাগী জগোইনা,
ননি মাখন পীজগনি গোপাল,
লদু বেরা ইনবিনি ইমানা।

**ব্যাখা** — গোপাল কাহায়ানা মমাগী নিংবা থুংহল্লগে খল্লক্লে। ধ্রুব, নারদ প্রহলাদ যোগীনা যুগ যুগ কয়া তপ তৌদুনা ফংঙমদ্রবা চরন থম্বাল অনিদা নুপুরনা নিল্লক্লে, লৈনা জগোই শারক্লে। যশোদা মমানা চীন্না পুংলোন য়েরক্লে।

## ঈশৈ

তাদৃমি তাদৃমি তা তা থৈয়া থৈয়া...

জগোই শারে য়েংউ জগোই শারে
নিলমনী লৈনা লৈনা থেক্ন নৌনা।
মালানা হাইরি শংবান্ন থবাক্তা,
অনৌবা নোংহৌলক্তা উরোক পরেং পাইবগুম।

খুত্তা খুজি খোংদা নুপুর—
ইনিল নিল্লে নুপুরনা (ঝন ঝন) (২)
কোকিলসু খোংলি রাহোং জগোই শারি
কুহুঁ কুহুঁ পুন্নিল নিল্লে থম্মোই হুরে।

যশোদাসে ঙাওরে বাৎসল্য প্রেম্না
গোপালগী জগোইদা যশোদাসু য়াওরে।
কোইচেন চেন্না তান্নরি ঈশৈ শক্ন ইন্নরি.
গোপালবু পমখৎলি মথানুংদা কোনশিল্লি
নন্দলালা ঙকইদকো নংগী লীলা
ফজৈদকো নিংথিদকো নংগী লীলা
(ফজৈদকো নিংথিদকো নন্দলালা)

**ব্যাখা** — জগৎ শুমহৎপা শক্তম থাজ কোটি ঙমজনা ইংলবা মায়থোং, চুঙ ফিরান চাবা রাশি গুন্তনা তুংনফম ওইবা, কলা ১৬ না মপুং ওইবা, শ্রীকৃষ্ণবু মচা ওইনা ফংজবদা, মমা যশোদানা ঙাওরোইদবা করি লৈবগে?

জগৎনা ফংঙমদ্রবা শকফম্না নন্দ যশোদাগী শঙ্গাইদা ঙাল্লবনি হায়বসি খঙদেনে মমানা। মায়ানা মরম ওইদুনা মচা গোপালবু ইচম চম্বা অঙাং অমগী মতৌগুম মমা যশোদানা খল্লিনে। অসুক ফজখ্রবা, নুংশিখ্রবা, য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবা, রাশিনা য়োল্লবা, থরাইদগী হেনবা গোপাল নংবু ইমানা ফংজবা করি পূণ্যননো?

## শৈরেং

নহানমুক্কী মপোক্তা ঐনা
করি পূণ্য তৌজরকপনা
হন্দক্কী মপোক্তা যশোদা ঐনা
ফংজবনো ইচা ওইনা নংবু।
লাও (২) গোপাল ইমাগী কহ্নায়
ইমানা অমুক্তা পমগে লাওনে।

ইমা ইমা কৌনে ইমাগী গোপাল,
অশংবা থম্বাল মঙালবু ঙমজবা।
চিংখরে যশোদাগী হকচাং, পুক্লিং
ইচাগী মোমোন নোকপা মাইথোংনা।

খোংলোনে গোপাল নংগী বাঁশী
শুমহৎলো ব্রজ গোপ গোপীশিং।
ইচাগী নুংশিবা বাঁশীগী শুরনা
বাৎসল্য প্রেমগী ইথক হৌরক্লে।

ব্যাখা — দন্দবত প্রনাম্ তৌদুনা রাম কাহ্নাই অনিনা মমা যশোদাগী চরন শোক্লা খুরুমজখি। হে ইমা! নচা ঐখোই শনশেনবা চৎলুখিগে! নচাদা মঙ্গোল আশীর্বাদ পীনবিয়ু। মমানা মচা অনিগী কোক্তা নানবিদুনা রক্ষা মন্ত্র পীনবিরে। ব্রহ্মা, সুরারেন, যজ্ঞেশ্বর, বনমালি হরি, দিনমনী নুমিৎ, শিবনা, হয়গ্রীব, চক্রপানিনা, জন্নার্দন্না, মাইকৈ ঙাকপা লাইশিংনা — নরসিংহ ভগবান্না ইচা অনিবু ঙাকপি শেনবিবা ওইসনু।

যশোদানা মচা গোপালবু ময়াম্বা বলরামদা শিন্নরে। দাউজী নংনা ননাওবু মথন্তা বন্দা থাদোক্কনু।

রাম কৃষ্ণ অমদি রাখাল ময়াম শম্বী শন্নাও ময়াম যনশেনবগীদমক খোংশানবা হৌরক্লে। হৈ হৈ লাওবনা পুন্নিন নিল্লক্লে।

## ঈশৈ

যনশেনবা চৎলি গোপাল কহ্নৈয়া,
ব্রজগী লম্বী গোবর্দ্ধন তন্না।

সিদাম সুদাম গোপশিংগা লোয়ননা,
ষনয়াম হোইদুনা তংথেক নাইদ চৎলি।

শন্নাওনা চেল্লি শম্বীনা তান্নৈ
মমৈ ফিরাল শাদুনা হরাওনা।
উফুলনা মমলে ব্রজগী লম্বী,
লৈরিক্লা মমলে গোকুলগী লম্বী,
কনানা শকলি কনানা লাউরি,
মরক মরক্তা খোংলি শ্যামগী বাঁশী।

অয়াওবা চামিন্নৈ চৎনা চৎনা,
অমগা অমগা নোকনৈ য়েংনৈ,
থম্মোই চাওথোকচৈ কয়া হরাওজৈ
গোপালগী চেংলৌ শক্তম উবদা।
কনানা শকলি কনানা লাওরি
মরক মরক্তা খোংলি শ্যামগী বাঁশী।

**ব্যাখা** — বলরাম কৃষ্ণ অনিনা শ্রীগোবর্দ্ধন য়ৌরক্লে। হে গীরিরাজ গোবর্দ্ধন লেমজনা লেপলি নংনা ব্রজ বৃন্দাবন্দা। শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগীদমক নহাক অসে পুলস্ত্য মুনিনা যোগগী শক্তিনা পুরকপনি। হে গোবর্দ্ধন লাইবক ফৈদা নহাক অসে শ্রীকৃষ্ণগী চরনমক্লা খোংদাবিবা চরন চিহ্ন তারিবা। শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি চংখ্রবনি নংদি। নংগী নমিংদি মুৎলরোই নুমিৎ থানা লৈরিমখে।

## ঈশৈ

হে গীরিরাজ শ্রী গোবর্দ্ধন
নগুন্তনা নশক উৎলিবা।
সুরারেনগী নাপল য়েথোকপা,
গোপশিংগী থৱাই কনবিবা — হে গোবর্দ্ধন।

পীনৈ শজিক হানৌ শম্বী শন্নাওশিংদা,
গোপশিংগী থৱাই ওইরিবা গোবর্দ্ধন।
শ্যামগী বাঁশী শুরদা ঙাওজবা।
কৃষ্ণমক্লা পুজা কচ্চবা — হে গোবর্দ্ধন।

থাবদা লোইনাইদ্রবা নংগী নগুন্নি,
শকচরি শোঞ্জরি তোল্লবা ননাইনা।
থম্মোইনুংদা নংবু লাৎচগে
ব্রজ প্রেমদো পীনবিরো হে গোবর্দ্ধন।

**ব্যাখা** — গীরিরাজ গোবর্দ্ধন য়ৌরবা মতমদা শম্বী শন্নাও পুন্নমক শজিক চারুনবা থাদোক্লে। কৃষ্ণনা হায়জে - দাউজী তাবিয়ু ঙসিদি ফীবুল হাবী শান্নসি। দাউজীগী মিচং কৃষ্ণগী মীচং - মীচং মীচং নাইনা খায়দোক্লসি, অসি হায়দুনা ফীবুল হাবী শান্নরক্লে।

## ঈশৈ

ফীবুল হাবী শান্নরি রাম কৃষ্ণ
মাইকৈ মাইকৈ লেপ্নদুনা
মীচং মীচং নাইনদুনা
গোপশিংগা শান্নরী — রাম কৃষ্ণ।

সুবলগী থক্তা কৃষ্ণনা তোংলি,
সিদামগী থক্তা বলরামনা তোংলি
শ্রীহরিগী অঙকপা লীলানি রাম কৃষ্ণ
রাখালশিংবু কয়াদা নুংঙাইহনবনো?

হন্ত্রে হুল্লক্লে (২) ফীবুল পায়দুনা
শ্রীরামনা জয় ওইরে জয় ওইরে লাওনরক্লে।
কৃষ্ণনা জয় ওইরে জয় ওইরে লাওনরক্লে
হরাও নুংঙাইনা ব্রা ব্রা নোক্তুনা (২)।

অঙাংগী কুম্মেদা পুক্লিং চংলে রাম কৃষ্ণ
শ্রীহরিগী অঙকপা লীলানি।
রাখালশিংবু কৃষ্ণনা অমুক তোংহল্লি,
গোপশিংবু বলরামনা অমুক তোংহল্লি।
ভক্তগী মখা পোনবা শ্রী হরিনা।

মহৈ মহৈ শগোল তোংবগুম
কোইচেন চেন্নরি কোইতান তান্নরি (২)

তান্নরি ফীবুল তাখিবা মফম
নুংশা মরক্তা হুমাং চেম্ছনা।

**ব্যাখা** — অশোমদা আতালিকা মথক্তা রাধিকানা মতা সখীশিং লোইননা, শ্রীকৃষ্ণনা শনশেনবা লেংঙকপদা দর্শন ফংজৈ, শ্যাম্বু মিকুপ অমত্তং উদবদা লৈঙমদ্রবী রাধানা, মবুংঙোনা শিঙ্গা বেনু খোংদুনা ব্রজ গোবর্দ্ধন লম্বীদা লেঙঙকপদা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য রূপ্ল চিংনা চিংনা য়েংজৈ।

শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন হেক ফংজবদা রাধাগী থম্মোই তনিক তনিক খাংজৈ য়ুম্বীগুম চপ লেপ্তুনা লৈখি। শন ময়াম লাকপগী উফুলনা পুম্মম মমখ্রে। অমম্বা মরক অদুদা গোপ গোপী কনা খঙহন্দনা ইবুংঙোনা ইবেম্মবু রাধা কুণ্ডদা উনসি হায়না ইঙ্গিৎ পীরম্মী। রাধিকা লৈহৌরে মবুংঙোনা চৎখিবা মাইকৈ চিংনা চিংনা য়েংদুনা। ফুইনা নোংহৌ ঙমজবা চুড়ানা লৈতেংবা হে ইবুংঙো! রাধিকাগী থরাই ওইবা হে শ্যাম।

## ঈশৈ

**র গ র ম গ র**

ফুইনা নোংহৌ ঙমজবা শ্যাম
চুড়ানা চেপ্লপ লৈতেংলিবা।
খ্বাংদা স্না ফীগে খোনবা (২)
রাধিকাগী থরাই ওইবা (২)

**প ধ ধ**

ফজবা থবাক্তা কৌস্তুভ মণি
বন মালানা লৈতেংবা শ্যাম।
তয়ানবু ঙমজবা চিনবান্দুদা
মুরুলী বাঁশী থোল্লিবা শ্যাম
ভৃগু পাদ চিহ্ন থৌগল্লিবা (২)
রাধিকাগী চান্নথোইবা (২)

অশংবা থরোবু ঙমজবা কুচু,
জগৎ শুমহৎপা ত্রিভঙ্গ মুরুতি।
রস পুম্বগী তুংনফম ওইবা,

নন্দ যশোদগী মপারি শ্যাম
গোপ গোপীগী থৱাই ওইবা
রাধিকাগী চান্নথোইবা (২)।

ব্যাখা — বেদ মরিনা মাগী মগুণ শকপা ঙমদ্রবা, অসিগুম্বা হরিনা যন শেল্লি বৃন্দাবন্দা। তোপ তোপ্পা শকফমনা জগৎপু শুমহৎলিবা চুড়া বাঁশীনা লৈতেংলিবা নিংথিবা শ্যাম। কন্দর্প লাংগী মশক ওইবা অৱাৎপা লৈতবা গুণ ৬৪ না লৈতেংবা, রূপ মাধুর্য্য, বেনু মাধুর্য্য, লীলা মাধুর্য্য, গুণ মাধুর্য্য গোপীগী অমদি ভক্তগী পুক্লিংবু চিংইবা হে বৃন্দাবন চন্দ্র অবতার খুদিংমক্তগী অথোইবা প্রেম ভক্তিবু পীনবিবা হে গোবিন্দ।

## ঈশৈ

নৌনা পুক্লিং হুরবা রূপনি
কাম কোটি ঙমজবা কৃষ্ণ।
রস মাপলনা তুংনফম ওইবা, (২)
ঈংলবা প্রেমগী শক্তম ওইবা।

থবাক্তা কৌস্তুভ মণিনা লৈতেংবা
বনমালানা ঙকশমদা থোল্লিবা,
ভৃগু পাদ চিহ্না লৈতেংবা
অশংবা থম্বাল কুচু ঙমজবা,
কোকথক্তা চুড়া খোংদা নুপুর
চাংদমনিংঙাই লৈতনা ফজে।

চীনবান্দা মরুলী থোল্লিবা কৃষ্ণ,
থোৎলবা খুৎশানা মরোল হাপলিবা।
চুড়ানা চেপ্পপ মিৎচিনা ফল্লপ,
পুক্লিং হুরিবা শ্যামগী শকফম।
খোইখোইবা শাথেক ত্রিভঙ্গ মুরুতি,
জগৎ শুমহৎপা হে শ্যাম।

ব্যাখা — শ্রীকৃষ্ণনা ময়াম্বুং বলরামদা হঙ্গৎচৈ — "দাউজী ননাও অমুক্তা চৎচগে বৃন্দাবনগী ফজবা অমুক্তা য়েংজরুগে।" সুবল সখাসু য়াওনা লেংঙক্লে শ্রীকৃষ্ণ ব্রজগী

লম্বীদা; অঙকপনি ফজবা খিবিক্লা লৈতেংলে বৃন্দাবন, মরোল অহুমদগী পুমহেন হেনবী বৃন্দাবন। বৃন্দাবনগী শ্লোক অমা মখাদা ইজরি।

## শ্রীবৃন্দাবনবু নিংজবা (শ্লোক)

**শ্রীমদ্‌বৃন্দাবনং রম্যং দ্বাদশবন সুশোবিতম।**
**শুদ্ধস্বর্ণময়ঃ স্থানং কল্পবৃক্ষ সুশোভনং।।**
**নানাপুষ্পদ্রুমরহ্যং তদ্রেনু পরি পুর্ণিতম।**
**প্রিয়োণর্ম সখী বৃন্দে সেবল স্থান — মব্যাম্।।**

## ঈশৈ

ফজৈদা নিংথিজৈ ব্রজ বৃন্দাবন,
শুমহৎপা শকলোন্না থল্লবা বন।
মরোল অহুমদগী অথোইবা শক্তম্
রাধা কৃষ্ণগী প্রেম পোক্লফম।

গোবর্দ্ধন তময়া শঙ্গাবুং শান্নবুং
যমুনানা কোয়না চেল্লিবা লিক্লাংগুম।
ঙানু কাংঙনা শারি জগোই,
চোংঙা তেনবানা শকচৈ শোঞ্জে।

ঋতু তরুক্লা থৌগঞ্জে বৃন্দাবন
শাৎচরি লৈরাং লৈশক শুনা।
মাল্লিকা মালতী জাতি যুতি,
লবঙ্গ লতা সেফালিকা,
চম্প নাগেশ্বর কেতুকী লৈরাং।

ঙাওরক্লে খোইমু কোইপাই পাইরক্লে
চুপচরি লৈহী শ্রীপাদ চিহ্নদা।
কোকিলগী শুরদা কুহুঁ কুহুঁ
তাম্থা পীরকলি উথুন্না তুম তুম।

**ব্যাখা** — থাবদা লোইনাইদ্রবা বৃন্দাবনগী ফজবা শকলোন্নি। শজিনা চেন-চোংদুনা বৃন্দাবনগী উমংদা শান্নবা, কৃষ্ণনা মিৎয়েং তারি। শজিগী মিত্তা, নুংশিবা উবদা নিংশিংলক্লে রাধিকাগী মৃগ নয়নি শজি মিত্তা ঙমজবী। থম্মোই পুঙমদনা সুবলগী লেংবান্দা ঙাদুনা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই।

## ঈশৈ (শ্রীকৃষ্ণ অনুরাগ)

চান্নবা মরুপ নুংশিবা সুবল
হায়বিয়ু রাধা লাক্লরোইদরা।
লৈঙমদে ঐদি মিকুপ অমত্তং
রাধা মহাকবু উদ্রবদি।

রাধানা থৱাইনি ঐগী।
রাধানা জ্ঞাননি ঐগী,
রাধানা প্রেমগী গুরুনি,
কৃষ্ণ ঐগী নিংনফম ধ্যান্নি,
নিংজগেনে যোগী ওইনা,
ফিগাও শানা নিজগে প্রেম।

মাঘ স্নান প্রয়াগ তীর্থদা,
লূপ্তনসু ঈংবা ঙমলোই।
মাগী প্রেম্না নোংলিক ওইদুনা,
মুৎচগেনে পুঙমদ্র মৈচাক।
গোপ ওইনা পোকলিবা ঐনা
হে ইতাও সুবল চান্নবা
শনশেন শনঙাকলিবা ঐনা,
রাধা মাগী মরমগীনি (২) ।।

**ব্যাখা** — অমরোমদা রাধানা বিশাখা য়েংদুনা হায়রকই। "প্রান সখী নংবু তারিবরা, কৃষ্ণ মাবু উদবা মিকুপ অমত্তং যুগ কয়াগা মান্নে। ফত্তেদকো হে বিধি নুংশিখংদ্রবা, নহাক্না রাধাগী মপোকসে ওম্বোক্না থীনা তমলমলেদকো।

## শৈরেং (শ্রীরাধা অনুরাগ)

হায়য়ুনে বিশাখা প্রান সখী,
হায়য়ুনে ললিতা প্রান সখী,
কৃষ্ণ মাবু ফংলরোইদরনে (২)
রাধাগী মপোকসে তোল্লিদকো
নোংদম থীনা তম্বীরমলেদকো (২)

কৃষ্ণ মাবু উদবা মৈনা,
প্রলয়গী মৈরি ওইরে রাধা ঐদি।
কদায়দা থিরুনি করম্না ফংগনি,
চৎচরগে যোগী ওইনা
(কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা কৃষ্ণ শোন্দুনা।)

ফত্তেদকো হা বিধি নোংদম্বা,
মাঙনবা শিনবিরে রাধা ঐবু।
রাথোক চাওবী রাধা ওইহনবীরে,
কলংকিনী মিংথোন পীবিরে।
রাধাগী চংজফম লৈরক্তরে শ্যাম।

**ব্যাখা** — কৃষ্ণবু কায়নৌ তম্লমলে, মপোক থীরে রাধা। কায়না মৈচাক অসি করম্না খাঙগনি। কৃষ্ণনা ঐগী থবাইনি, প্রান মঙানি (প্রান অপান ব্যান সমান অমসুং উদান) হে ইতা চান্নবী ললিতা হায়বিয়ু কৃষ্ণবু উবা ফংলরোইদ্রনে। থব্রাই য়াওদ্রবা রাধা ঐবু করম্না হিংউ হায়বগে খুত্তা পায়রম্বা মণি মাংখ্রবদা।

## ঈশৈ

প্রেমগী মৈনা চাক্লক্লে থমোই,
কৃষ্ণ কায়না মৈচাক ফংলেদো।
নুংশি হৈতেদা হে শ্যাম,
রাধা ঐবু অসুক হ্রাহনবা।

হায়খিবদাই নংনা রাধা ঐবু,
থাদোকলোই মিকুপ অমত্তং ফাওবা।

উদরে শ্যাম তাদরে বাঁশীশুর,
রাধাবু থাদোক্কে খনবরা শ্যাম।

অসুক ৱারিঙৈ মতমসিদা
করিগী খোংলি কোকিল নংনা।
পঞ্চম শুরদা খোংবা তারগা,
কুহুঁ কুহুঁ খোঞ্জেন্দো তাবদা
শ্যামগী বাঁশীনি খন্দুনা থম্মোইসে
চাক্লক্লে রাধা প্রলয়গী মৈরিনা।

মণি মাংখরে রাধা ঐগী
থৱাইগী মবুংঙো হে কৃষ্ণ।
থৱাই য়াওদ্রবা রাধা ঐদি,
করম্না হিংউ হায়বগে হে শ্যাম।

ব্যাখা — কোকিলনা পঞ্চম শুরদা খোংবা কুহুঁ খোঞ্জেন্না রাধাগী মৈচাক অহোইননা হেনগৎলকলি। খাঙবা ঙমলক্তরে, রাধাগী অৱাবা উবদা, ললিতা সখীনা কোকিল য়েংদুনা চৈরকই।

## ঈশৈ

খোংলরনু হে কোকিল খোন্নৌবা,
নংগী পঞ্চম শুরনা কুহুঁ কুহুঁ।
নংনা কুহুঁ খোংবা তারগা
রাধাগী থম্মোই কায়খিদৌরে।

বনগী চেক্লা অপঙবী নংদি
উহৈ ৱাহৈনা হিংজবনি।
রাধা ঐদি কৃষ্ণ প্রেমতগী
অমৃতনা হিংজবনিনে।

শ্যামগী ৱাখলদা লুপ্লিঙৈদা,
ওৎলরে রাধাবু কোকিল নংনা।
তাজনিংদ্রে খোংলনু হে কোকিল,

হেলহল্লনু রাধাগী মৈচাকসে।

চীল্লবা থম্মোইগী নিকুঞ্জদা
লাত্তুনা থমজবনি শ্যাম মাবু।
পামজদরে অতৈ কনাবুসু,
শ্যামগী... নুংশিবা বাঁশীশুর নত্ত।।

## ঈশৈ

বন্ধুগী নির্মল্য মালা, তুলসী মালা,
শ্যামগী অঙ্গ গন্ধনা চুরনা মালা।
হুকচরগা রাধাগী পাপ চেল্ল ঙক্তো
যোগাশনদা ফমদুনা ধ্যান তৌজগে শ্যাম।

চাদ থক্তনা মাহাকপু নিংজগেনে,
তপস্বীনি ওইনা মাবু ফংননবা।
নীগী রানা-উবিনা খঙনিবা মাদি
থম্মোইগী প্রেম লৈরাং তবু পাম্বীননি।

হল্লরোই বুন্দা মহাকপু ফংদ্রিমখে,
মোমোন নোকপা শুমহৎ মহিখোং উদ্রিমখে।
ঐনা হয়েং শিরমদাইদা হে চান্নবী
উইনবিরু মাগী মথেক অঙম থেকপা
চুডানা লৈতেংবা খুত্তা বাঁশী পায়বা।।

**মরু ওইবা ব্যাখা** — ললিতা সখীনা হায়রকই — "ইবেম্মা রাধে করিগী অসুক রারিবনো? ইবুংঙো মানা তম্বা অমা লাক্কনি।" চান্নরবী মতাশিংগী মফমদা শ্রীমতি রাধিকানা হীক্লা হীক্লা কপ্পদুনা, পুঙমদ্রবা থম্মোইনা মৈচাক, তেংথাখোন্না হায়রকই। নখোই পুন্নমক লোইনা তারো! রাধা ঐসে গোলোক্কী মবেম্মা, কৃষ্ণগী লোইনবী ওইরম্বীনি। নখোই সখী নিপান্না রাধা ঐগী শক্তিদগী পুথোকখিবনি। অতোপ্পা শখীশিংনা লীলাগীদমক শ্রুতিনা ওইখিবা, স্বর্গগী বিদ্যাধারিনা ওইখিবা অমসুং মুণিশিংনা ওইখিবা ঙাকনি। অতৈ অতৈসু শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীঅঙ্গদগী পুথোকখিবনি। সিদামগী শাপতগী রাধা ঐসে গোপী নিংঙোল ওইনা পোক্লরবনি। শ্রীকৃষ্ণনা গোপ জাত্তা পোক্তুনা যন শেল্লবনি।

"আয়ন্না মপোক তরেৎলক্তা শ্রীকৃষ্ণবু নিংজৈ অদুগা অসুম্না নীজৈ — রাধা কৌবী কৃষ্ণগী লোইনবীদো আয়ন ঐঙোন্দা পীনবিয়ু। তরেৎলকশুবা আয়নগী মপোক্তা বর অদু পীখিবনি ভক্তগী মখা পোনবা শ্রীকৃষ্ণনা অদুগা তাকপিখি — "আয়ন নং নপুংশক ওইয়ু" আয়ন্না মমিত্তা মপী তারদুনা হঙ্গৎচৈ — "হে প্রভো! করি মতৌনো? জগৎকী মবেম্মা রাধা মাবু লাৎচগে হায়বনি।" রাধা ঐদি কৃষ্ণগী শক্তিনি অদুনা শ্রীকৃষ্ণবু মিকুপ অমত্তং ফাওবা উদবা ঙমদে। রাখরেদা ইতা! করম্বা মতমদা ইবুংঙো মাবু উবা ফংজগদগে? রাধা ঐসে খোংদা ঝিঞ্জু থাংলবী পোনগী চেক্লাগুমলে হে ইতা চান্নরবী।

## ঈশৈ

পোনগী হা চেক্লা
করিগী নংনা কপলিবা? (২)
নংনা কপ্পা উরগা
পুঙমদে থম্মোই রাধা ঐগী (২)

খুত্তা খুজি খোংদা খোংজি,
ঝিঞ্জুর থাংলবী চেক্লা ওইরে।
নিংতম্বা ফংদ্রবী রাধা ঐসে
মীনোক মৈশা লাংলবীনি
মীনোক মৈশা লাংলবী ওইরে।

হাদ চেক্লা কপ্লগনু,
বিধিনা লাইবক্তা তম্লম্লবনি।
মাগী মাগী কর্ম্ম ফলদি
মানা মানা ফংজেদো চেক্লা।।

রাধানা কপ্পমখৈ কপলুরগা অমুক মতা সখী ললিতা অমসুং বিশাখা য়েংদুনা হায়রকই। হে ইতা চান্নরবী ললিতা নুংশিরবী বিশাখা রাধা ঐগুম লাইবক থীবি লৈতে লৈরোই জগত্তা। মুন্না তাবিয়ু রাধা ঐনা হায়জরিবসে! শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন ফংদদুনা মরুভূমি লৈকংলাদা মায়া মরিচিকা শজিগুম লাইজ ঈশিং ফংদনা মথন্তা শিজবগুম কৃষ্ণগী প্রেমগী থৌজাল মরিক ফংদনা থম্মোইগী মৈচাক ইংবা ঙমদনা শিজবা তারবরা চান্নবী!

## ঈশৈ

চান্নরবী ললিতা নুংশিরবী বিশাখা
রাধা ঐগুম লাইবক থীবি লৈতে লৈরোই জগত্তা।
পুন্সিগী শাংল খোংচত্তা কৃষ্ণ সেবা ফংগনু
তম্লম্লে নোংদম্বনা ইবিরম্মী ফত্তবা ঙাক।

মরুভূমি লৈকংলাদা নাইতোম চেনবা শজিগুন্না
লাইজ ঈশিং ফংদদুনা মতোমতা শিজবগুম,
কৃষ্ণ প্রেম, প্রেমগী নোংলিক অমৃত ফংদদুনা
ইখৌ লাংবা কোক্তনা শিবা তারেদকো রাধা।

পাপ মখৈ পূল্লগা শাবা রাধাগী হকচাংনি
তাবিরোই ইবুংঙো মানা, থৌশারোই ঐবু কৈদৌনুং
শিব নত্ত অতৈ পাম্বৈ লৈতরে রাধা ঐসে।
ঐনা হয়েং শিরমদাইদা, নুংশিবা মথেক অহুম
চুড়ানা লৈতেংবা খুত্তা, বাঁশী পায়বা শ্রীরূপতো
উইনবিয়ু ঐবু থরাই থাজগে কৃষ্ণ শোন্দুনা।।

ব্যাখা — কৃষ্ণ প্রেমগী মৈচাক্লা মরোল মরোল হেনগৎলক্কুনা রাধাগী শ্রীঅঙ্গদো নিংথিনা লেপ্পফাও ঙমলক্তদুনা মতা সখী অনি ললিতা বিশাখীগী লেংবান্দা কোন্দুনা শুমাংদা লেংথোরক্লে অদুগা মবুংঙোনা লৈবা মাইকৈ ওন্দুনা য়েংজৈদো রাধানা। শুমাংদা হৌরিবা শিঙ্গারৈ পাম্বীগী মখোংদা তারিবা শীঙেন্না ইঙৌ ঙৌনা চোইনা চোইনা কেন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা কচ্চরি মিৎলু পীরাং। মদু উবদা ইবেম্মা রাধানা মিৎলু পীরাংদি ইঙাগী নোংগুম শিম্থনা হিক্ল হিক্ল কপচরকই। হে কৃষ্ণ ননাই রাধাগী মিৎলু পীরাংসে লৌবিয়ু শিঙ্গারৈগী মিৎলু পিরাং লৌবিবগুম।

## ঈশৈ

হাদা শীঙেল শিঙ্গারৈ,
হাদা শীঙেল লৈনুংশি,
নহাকসু কপলিবরা?
(তোল্লবী) রাধাগুম কপলিবরা?

নংগী মিৎলু পীরাংদি,
লৌবিরে শ্যাম্না হরাওনা।
ঐনা কচ্চবা প্রেমদি
ইবুংঙো মানদি লৌবিদে।

থম্না থক্কী লাইজগুম,
পুন্সি তেল্লসু হে শিঙ্গারৈ,
হরিগী চরন সেবাদি,
ফংজৈদো চান্নবী নংনা।
ৱানা খাঙজরবী রাধা,
ঐবুদি চানবিদে শ্যামনা।।

## মহাভাব স্বরূপিনী রাধাগী অনুরাগ

ব্যাখা — শ্রীমতি রাধিকানা কৃষ্ণদা থম্বা প্রেমদি মপান নাইদবা সাগরনি ঈপাকনি। প্রেমদগী অসুম হেনগৎলক্কুনা স্নেহ, মান, প্রনয়, রাগ অনুরাগ, ভাব মহাভাব মথং মথং ওইরকই। মধুর প্রেম রসদি মদনাখ্য অমসুং মহাভাবতি কেবল শ্রীমতি রাসেশ্বরীতদা লৈবা মরম্না ইবেম্মসে মহাভাব ওইখরে। মশাগী অথিবা ফজবা খন্দনা ইবুংঙোগী পুক্নিং নুংঙাইহল্লগা লোইরে খন্দুনা ইবেম্মনা ইবুংঙোবু উদবদা মিকুপ অমগা যুগ কয়াগা মান্নরবা ইবেম্ম রাধাগী অৱাবা হায়নিংঙাই লৈতনা ওইখি।

নুংশিবতনা খুদুম চন্দুনা ইবেম্মনা, মনাক্তা হৌরিবা তুলসী পত্র মনা অপাকপা ১০৮ হেক্লুরে অদুগা তুলসী অকংবা মশা অমনা কলমগী মশক ওইনা শেমলে। ইবুংঙোবু উদবা মৈচাক্লা ইবেম্মগী মিৎলুদগী প্রেমগী ধারা অতৎপা লৈতনা শিন্থুরদুনা অমুবা কাজল মচু য়াওরবা ইবেম্মা রাধাগী পীরাংনা মুক্কী মশক ওইনা মনা অপাকপা তুলসী পত্রদা মহা মন্ত্র নাম "কৃষ্ণ" কৌবা ময়েক ইজরে ইবেম্মনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা অদুগা মালা পরেং অমা শেমলে কৃষ্ণ ময়েক য়াওরবা তুলসী পত্র ময়ামদো। কৃষ্ণদগী তোপত্রবী রাধানা ইবুংঙো কৃষ্ণদা কৎচনবা থমজরে স্নাখোংনাং মনানা য়োমদুনা। মিৎলুগী পিদি অতৎপা লৈতনা শিন্থনা হায়জৈ — হে শ্যাম, ইবুংঙোদা থোল্লবা নির্মল্য অদু রাধানা ফংজগেকো। কৃষ্ণ নামদি অতৎপা লৈতনা শোঞ্জদুনা মতা সখী ললিতা বিশাখা য়েংদুনা হায়রকই "রাধা ঐনা হয়েং শিরমদাইদা মাগী মথেক অহুমদা বাঁশী থোনবা রাধা রাধা কৌবদো তারগা শিজগে ইতা!" মতা সখীশিংসু হায়ফম

খঙদে ইবম্মেগী মহাভাবকী স্বরূপ থাক য়ৌরবা উবদা অদুগা থেমজিল্লি! রাধে, ইবেন্মা করি অমত্তা ৱাবিগনু ইবুংঙো মাদি লোইনা খঙলিবনি উরিবনি।

## শৈরেং

অমুবা কাজল য়ান্নরবা পিরাংনা,
১মুক ওইনা ইজরি কৃষ্ণনাম - রাধানা।
তুলসী পত্র চাম-নিপান্দা ইরবা নাম
মালা অদু শ্যামগী ঙক্তা হুকচগেকো।

কৃষ্ণদা কৎলবা নির্মল্য নাম মালা,
রাধাগী ঙক্তা শিবা ফংহনবিয়ুকো।
হায়জে রাধানা ঐসে কয়া লাইবক ফৈ
মাগী থৌজানতনা ফংগনি নির্মল্য মালা।

ঐনা হয়েং শিরমদায়দা হে ইতাশা
উহনবিয়ু.শ্যামগী মথেক অহুম থেকপা,
চুড়ানা লৈতেংবা খুত্তা বাঁশী পায়বা.
রাধা রাধা কৌবা তারগা শিজগে।

---

১"মুক ওইনা" — মুক্কী মশক ওইনা হায়না শকপা য়াই

---

**ব্যাখা** — তারমদবা বাঁশী খোঞ্জেল তারক্লে। রাধানা হংলকই — "হে ইতা ললিতা নংবু কদায়দগী খোংলকপা বাঁশীনোনে, নৃভিত নিকুঞ্জ কন্দগীরা নত্রগা বংশীদিভগী খোংলকপরা? থম্মোই অসে তনিক তনিকই ইতা! পুক্লিংদি চৎখরে শ্যামগী নাক্তা, বেদ পুন্নমক খঙবা শ্যাম মানা, সাম বেদদা হাপ্পুনা রাধাবু কৌরিবসে করন্না খাংবা ঙমগদগে।

ব্রহ্মাগী মচা বাঁশীনি, বাঁশীনা ঙমদবা লৈতবনি, বাঁশীনা যশোদা মমাগী পুক্লিং পেলহল্লি বাসল্য প্রেম ইহৌহল্লি, যমুনা ইথক হৌহল্লি, অমুকসু হঙ্গৎনা চেলহল্লি। নুমিৎপু লেপহনবা ঙম্মি, মুনি ঋষিশিংগী ধ্যান কায়হল্লি, গোবর্দ্ধন্না তুমিন্না লেপ্পী। বাঁশী খোঞ্জেল তাবদা শম্বী শন্নাও লোয়না শজিক চাবা লেপ্পনি। ত্রিভূবন শুমহৎপা ঙম্বা অঙকপা বাঁশীগী মগুন্নি। কংলবা উপালবুসু ময়োল চোংহল্লি। হে শ্যাম ননাই রাধাগী কংলবা থম্মোইসে নৌহৌননা ময়োল চোংলক্লে, শ্যাম নংবু উনিংবনা

লাংতক্করেনে থম্মোইসে। হো বাঁশী নহাক্কা গোপীশিংগী পুক্নিং লৈতাহন্দেদো। বৃষভানু রাধাগী থম্মোই হুদুনা পুইদো। হো বাঁশী মীশুম হৈবে বাঁশী করিগী ওৎলি তক্তনা রাধা ঐবু।

## ঈশৈ

হো বাঁশী (২) মীশুম হৈবা বাঁশী (২)
করিগী ওৎলিবা তক্তনা রাধা ঐবু।
হে শ্যাম করিগী খোংলিবা লেপ্তনা খুখৎ তোইনা।
হো রাধা রাধা — হো বাঁশী হো বাঁশী।

অচম্বা নত্তে নংগী বাঁশী,
শুমহৎলাং ওইবা বেনু খোঞ্জেল।
ক্লীং খোম্থোক ওংকার শব্দ।
করিগী কৌরিবা রাধা ঐবু তোইনা (রাধা রাধা)
হো রাধা রাধা — হো বাঁশী।

হকচাংদি লৈজরি য়ুমদা,
পুক্নিংদি লৈরি ননাক্তা।
খোইথুম্নরবা শ্যামগী বাঙাংদা
ঙাও-হনবিরে রাধা ঐসে,
থায়নরে ব্রজদা রাধাসে পুমঙাও ঙাওরে।

রাধাগী মিংচৎ থীহল্লিবসে,
বাঁশী নংনা খোকহনবা ঙাক্লি।
মেংলবা নংগী শুরদা,
তনিক তনিক খাংজৈ খাঙ্ঙমদনা।

ব্যাখা — শ্রীকৃষ্ণবু উনিংবনা খোইরাংলবী রাধা মপানথোংদা ওইনচাওবীনি, নুংদা প্রেমগী ইথৌ লাংলবীনি। ললিতা সখী য়েংদুনা হায়রকই — "হে ইতা! রাধা ঐসে ওম্থোক্লা তোনখরেদা, নুপীগী মপোক ওইবনা, ঈনিং তম্বা ঙমজদে। শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন ফংবা ঙমজদ্রে, ঐসে ওম্থোক্লা লাইবক থীখ্রেদা ইতা"। ইবুংঙোগী কায়না মৈচাক্লা মুক্তা পরেং তৎপগুম ইবেম্মগী মিত্তগী প্রেমগী ধারা শিন্থরকই — আ! তোল্লিদকো নুপীগী মপোক।

## ঈশৈ

তোল্লি তোল্লি নুপীগী মপোক
কৃষ্ণ প্রেম্না থম্মোইসে চাক্লে।
হা বিধি নুংশি খঙদ্রবা,
করম্না ইরম্বা লাইবক্তা নংনা।

মমাংঙৈগী মপোক্তা রাধানা,
করি পাপ্পু লংজরকপনা,
ফংলরে নুপীগী মপোক অসে
প্রেমগী কল্লবা চৈনা ফংনবা।

নুপী ওইরমদ্রবা রাধা ঐসে
শ্যামগা লোইননা চৎলমগনি।
নোংইন্না পামজবা মাইথোং থাজ
তত্তনা উজবা ফংলমগনি (২)।

মুনা রাশি লৈবা শ্যাম।
উনিংবনা খোইরাংলে রাধাগী থম্মোই।
লাইজ ঙাইবগুম নোঙ্গৌবীনা,
ঙাইজরি খৌরাংনা নুংশিবা নপাও।।

## ব্যাখা/ঈশৈ

উজরগা পেঞ্জগে রাধানা,
থম্মোইগী মণি হে শ্যাম শকহেনবা।
পকচবা মাগী চুড়া বাঁশী,
স্না ফিগে নুপুরনা নিনবা।

খোইথুম্ব ৱাঙাং নোকমি নোকমি
রাধাবু শুমহৎপা মিৎয়েংনি।
শরদ থাজবু হেন্না ইংলবা,
থম্মোই ঐগী খোইদাজবা শ্যাম।

হে ইতা ললিতা হায়য়ু উপাই,
করম চৎকনি রাধা ঐসে।
ঙাইরমগনি ঐবু কুঞ্জদা,
নিংথিবা শ্যাম থৱাই ওইবা মানা।

## ঈশৈ

খঙলে সখী ঐগী ফত্রবা মপোক
হিংদুনা কান্নরোই পাপ চেল্ল হকচাং
যমুনাদা চোংথদুনা থারগে থৱাই,
মথং মপোক্তা ফংজগে মাগী সেবা।

ৰাইদা ঐগী পুন্সি করম খাংগনি,
পুঙমদে থম্মোই থোইনা হেন্না চাকলে।
তাঙ্গোই ওনখ্রনি হকচাংদি সুম সুম
মৈচাক মুৎনবা উপাই লৈতরে।

হা কৃষ্ণ মনাইগী অরোই মতমদা
কাওদবা পীনৌ নংগী অমৃত নাম।
ময়েক অনিদো চিন্দা উমজরগা
থৱাইসে থাজগে চানবিয়ু হে শ্যাম।

**ব্যাখা** — ধনিষ্ঠা অমদি তুলসীনা ইবেম্মা রাধাগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণগী পাও হঙ্গৎচৈ। তানিংবনা ঙাওরবাঁ রাধানা হায়রকই হে ইতা ধনিষ্ঠা, তুলসী হায়য়ু নবুংঙো শ্যামদো কদাইদা লৈহৌই। পাওদমজৈ তুলসীনা খুৎ লোন্নদুনা — শ্রীকৃষ্ণদি রাধা নংগী নাম, রাধা রাধা হায়না শোন্দুনা লৈহৌই। য়েংহৈদেদা দৃশদো (শক্তমদো), ইবুংঙোনা চুড়া বাঁশী লোইনা লৈবাক্তা হুন্দোক্তুনা নংগী মাইকৈ য়েংদুনা লৈহৌই। ফজৈদা কৃষ্ণ কৌবা ইবুংঙো মহাকসে, জগত্তা লৈরোই অনি শুরোই, মাগী ইংলবা থা কোটি ঙমজবা মাইথোং মদন মোহন — কন্দর্প কৌবা কাম্বু শুমহৎপনি, মিৎয়েংনা থম্বাল লকা ঙমজবা — ফুইনা হৌবা নোংগী কুচুনি। রাধা রাধা কৌবদা তয়ান ঙমজবা চিনবান পেহৌ পেহৌ, উবদা ঐখোই কপ্পুনা লাকপনি। লৈহৌই শ্রীকুণ্ডদা (রাধা কুণ্ডদা)। লেংঙসি ইবেম্মা নত্রবদি ইবুংঙো শিখিবনা হানখিবা তারে।

## দুতিগী পাও

পাওদমজৈ তুলসীনা রাধিকাদা,
নবুংঙো শ্যামদো ঙাইহৌই শ্রীকুণ্ডদা।
রাধা রাধা নাম তোইনা শোন্দুনা,
লৈমাইদা ওন্দুনা লৈহৌই শ্যাম।

তাবিয়ু রাধে নংগীদমক্তা
কৃষ্ণনা রাজবা প্রমান লৈতে।
শিবগা মান্নে য়েংবা ঙমদেদা;
চৎলু চৎশি শ্যামগী নাক্তা
অমুক থিন্থবা তৌরগনুনে,
শিবনা হানখ্রগনি প্রান কৃষ্ণদো।

## শ্লোক

পততি পতত্রে বিচলতি পত্রে
শঙ্কিত ভবদু পয়ানম্।
রচয়তি শয়নং সচকিত নয়নং
পশ্যতি তব পন্থানম।।

মেন ওনবা

য়েংজরি নংগী মাইকৈ হে শ্যাম
থরাই ওইবা রাধাগী মবুংঙো।
রাহৈ মপুং ফাদ্রবী খোঙ্থোক্লা,
কৌজরি নংবু তাবিয়ু হে শ্যাম।

তোল্লবী রাধানা নিংজবা নংনি,
হে কৃষ্ণ! লানখিবা পুম্বা ঙাকপিয়ু।
ওইনা রাহৈ কয়া লংজখিবা,
লৌবিগনু ননাইনি খন্দুনা।

## সখীগী ৱাহৈ রাধাগী মফমদা

করি হায়নি শ্যামগী অৱাবা দশা,
তাবিয়ু ইবেম্মা চান্নবী রাধে।
চুড়া বাঁশী হুন্দোক্লে নবুংঙোনা
লৈমাইদা ওল্লি উফুলনা লৈতেংলে।
রাধা রাধা নাম তত্তনা শোল্লি শ্যাম
মিৎলু পিরাং শিন্থ্ গঙ্গা ইহৌগুম।

চৎলু রাধে থিন্থবা তৌগনু
ইখৌ লাংলবা শ্যামগী মফমদা।
লাংতক্ল থম্মোইনা উগনি মাবু
নুংশিবা শক্তম জগৎ শুমহৎপা।

উরগা কোক্কনি প্রেমগী মৈচাক,
নোংইন্না থাজবু উজবগুম।
কোরৌদা শাৎচবী থম্বাল রাধানা,
উগনি শ্যাম মাবু শ্রীকুণ্ডদা।।

## রাধাগী ফিজেৎ লৈতেংবা

হে ইবেম্মা রাধে! থোইনা ৱাবিরুনু। চৎসি জটিলাগী নাক্তা সুর্য্য পুজাগীদমক খরা চৎহনবিয়ু হায়রুসি। সুর্য্য দেবদা কৎনবা মতা সখীশিংনা লোইনা থৌরাং তৌজে, মনেমনা য়াবিনবা। ললিতা বিশাখা, চিত্র, চম্পকলতা, তুঙ্গ বিদ্যা, ইন্দুরেখা, রঙ্গদেবী, সুদেবী, সখী ময়াম্না ইবেম্মা রাধাগী পকচ-পকচবা খন্দুনা ফিজেৎ লৈতেংবিরে। কনানা অশংবা শারি পুথোক্তুনা ইবেম্মদা থোলহল্লে কনানা কিঙ্কিনি লৈতেংবিরে, বেনী লোনশিল্লে। খুত্তা খুজি তান স্নাগী পাম্বোম ফাবী, খোংদা নুপুরনচিংবা থোনবিরে। খুত্তা খোংদা রেখা কয়া য়েকপিরে। মিত্তা কাজল, পিকতক তৌবা লিরুং মানবা পিশুম কয়াদা নিংথিজরিবা, লাইবক্তা শিন্দুর, খোইখোইবা শম্নাং, লুতুং তাবাকন্দর্প লাংগী মশকনি, কৃষ্ণগী প্রেম পোরুফমনি, নিংথিরবা কোক্তা স্নাগী ঝাপাগী লৈতেং, কুন্দোর নাইন। কৃষ্ণ মন্ত্র য়াওরবা কুম কুম চন্দন্না লাইবক্তা থৌৱানমিচাক্তম ইরং লংলিবা। নুংশিরবা কস্তুরিনা শ্রীঅঙ্গদা লৈতেংলিবা কৃষ্ণগী পুক্নিং শুমহৎনবা।

# শ্রীশ্রী রাধা ষ্টকং

## রাধাগী চরন্দা স্তুতি কচ্চবা

১) শরৎ থাজনা কল্লকনিংঙাই ওইরিবী
কুচুনা ফুদোংবা স্নাবু হেল্লিবী।
অশংবা ফীগে থোল্লিবী পকচবী,
খুরুমজৈ ভানু মমোম নিংথিবী রাধা।

২) অয়ুক্কী কোরৌ ঙমজ লাইবক্তা শিন্দুর
খোইখোইবা শম্লাংনা কন্দর্প লাং ওইবী।
কামপী লীরুংঙমজ পীশুন্না লৈতেংবী,
খুরুমজৈ ভানু মমোম নিংথিবী রাধা।

৩) পুম্বুম তাবা পাম্বোম লেস্ত্রা থক খা ওনবী,
মণি মুক্তনা শাবা খুজিগী লৈতেং।
শজিনা ইকাইবী মিৎস্না থম্বাল তরুবী,
তথক তথক নোকপদা শ্যাম্বু শুমহৎপী,
খুরুমজৈ ভানু মমোম নিংথিবী রাধা।

৪) তয়ান ঙমজবী চিনবান থক খা অনিনা,
কোকিল শুরবু ঙমজবী খোইথুম্ন রাঙাং।
তুমতকপা নাতোন থোইদিং মপানবু ঙমজৈ,
লুমাং শমলাংনা খোইমু পরেং তোংগুম্বী,
খোইখোই মিৎয়েংনা কাম পুক্লিংবু হুরিবী,
খুরুমজৈ ভানু মমোম নিংথিবী রাধা।

৫) স্নাগী লুহুপ্না কল্লকনিংঙাই ওইবী
রত্নগী খোংজি কাংঙ খোংথাং ঙমজবী।

শামুগী শাজৎনি লেমজবী খোংথাংনি,
খম্ভ্রাংচাৎনা নোমহৌ নোমহৌ চৎপা লেমজবী
খুরুমজৈ ভানু' মমোম নিংথিবী রাধা।

৬) শ্রীঅঙ্গ গন্ধনা কুম কুম থম্বাল নম্বী,
চরন্দা যাবকনা থৌগল্লিবী রাধা।
খোংশা খুদিং খোংদোপ থাবু হেন্না ঙানবী,
খুরুমজৈ ভানুগী মমোম নিংথিবী রাধা।

৭) প্রেম ভক্তি তুংনফম মহাভাব লৈতেংবী
হলাদিনী অদ্যা শক্তি ওইবী রাধা।
মঙ তাইবং অনিদা কৃষ্ণবু কাওদবী,
খুরুমজৈ ভানু' মমোম নিংথিবী রাধা।

৮) রাসকী মবেম্মা কলাগী তুংনফম,
শ্রীধাম বৃন্দাবনগী গোপীগী লুচিংবী।
ভক্ত বৈষ্ণবনা তান্নবী নংগী খুয়া
কৃষ্ণবু ফংঙমদে নংগী থৌজাল নত্ত'।।

## রাধিকাগী ফজবা শকলোন (ফিজেৎ লৈতেংবা)

রাধিকা নিংথিবী কুচুনা লময়ৌবী,
শরদ পুর্ণিমা ঙমজবী মাইথোং থানিল
নুপীলক্তা অথোইবী রাসগী মবেম্মা,
কৃষ্ণগী পুক্লিং পেলহল্লিবী, শুমহৎলিবী।

পিশুম্না লীরুংনি কামগী লাং ওইরিবী,
শজিনা ইকাইবী কৃষ্ণগী খোইদাবী
কাম কোটি হেল্লিবী মদনবু শুমহৎপী
জগত্তা অনি শুদ্রবী ইবেম্মা রাধে।

হাইথরকপা পাম্বোম থম্বৌনা ইকাইবী
চেংলবা খ্বাংদা কিংকিনি লাকলিবী।
তাথরকপা শমলাংনা খুকউ য়ৌরিবী,
ফজবী রাধে বৃষভানুগী মমোম।

কাঙ্ঙা খোংথাং ঙম্বী, নোইনা নোইনা চৎপী,
ঙাংঙ্গাবা চরন্দা নুপুরনা নিল্লিবী।
শ্রীপাদ অনিদা যা চন্দন থৌগনবী,
নুপুর খোঞ্জেন্না জগৎ শুমহৎপী রাধে।।

### ফিজেৎ লৈতেংবা

**ব্যাখা** — শ্রীকৃষ্ণগী দর্শনগীদমক, শ্রী কুণ্ডদা লেঙনবা, মতা সখীশিংনা ইবেম্মা রাধাগী ফিজেৎ লৈতেংবিরে পকচবতা খন্দুনা। লৈতেংলে অশংবা ফিজোল, মণি মুক্তা স্নাগী লিক্কোন ফজবতা খন্দুনা। লাইবক্তা শিন্দুর অয়ুক্কী কোরৌগুম মিত্তা কাজল। পীকতক তাবা পীশুমগী লৈতেং, চিনবান ময়াগী শম্বু তয়ান ঙমজবা চিনবান্দা থারিবা লৈতেংগী মচু। কফোই য়াতানা মোমোন নোকলিবী শ্রীকৃষ্ণবু উনজগনি খনবদা

হরাওজবী রাধা। খোংদা স্নাগী নুপুরগী লৈতেং, ফজবা স্নাগী কুচুনা থোনবদা হেন্না থোইনা পকচবা জগৎকী মবেম্মা রাধা।

## ঈশৈ

**তাঞ্চপ — দীর্ঘ অরাংবা (মেনগী মতুংদা হেক শকপা)**

ফজৈ ফজৈ ইবেম্মা রাধাসে (২)
লেমজৈ নৌজৈ নিংথিজৈনে।
পকচৈ পকচৈ অশংবা ফিজোলসে (২)
মিৎফম হোংঙমদে নিংথিজৈনে।

লাইবক্তা শিন্দুর মিত্তা কাজল,
স্নাগী ঝাপা কুন্দল নাইন।
হাইনা হুমলি নোংথাংগুম্না,
খোংদা নুপুর খুজিগী লৈতেং
কৃষ্ণবু শুমহৎপা শক্তমনি রাধে (২)
পুর্ণিমা থাজ ঙমজবীনি।

বেনীবু লিলনি খন্দুনা,
রাহোং চেক্লাশিংনা পাইশিল্লকখি।
নাতোন নাকচিদা নাশিকানা,
থোইদিং মপাল ঙমজবীনি।
কৃষ্ণবু শুমহৎপা শক্তমনি রাধে
পুর্ণিমা থাজ ঙমজবীনি।

# শ্রীরাধিকাগী যাত্রা

**ব্যাখা** — সুর্য্য পুজাগী পোৎলম শেমলে, গুরুজনগী য়াথং লৌরে। যাত্রা তৌরে ইবেম্মা রাধা ওই স্বরদা মাধব (২) শোন্দুনা খোংথাংলে শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন ফংগনি ৱাখন্দা। মপান্দনা সুর্য্য পুজাগী লেঙলিবনি হায়না উহল্লি, মনুংদনা কৃষ্ণ ভাবতা লূপলিবনি। ইবেম্মগী নাক য়েত্তা সখীশিংনা থৌরানমিচাক্লুম কোইশিল্লি শরত পুর্ণিমা ঙমজবী রাধাবু। য়েত্তা ললিতা, ওইদা বিশাখা মাংদা কুণ্ডলতা। ময়াইদা নিংথিবী রাধানা তপ্না তপ্না কুঞ্জ পাংনা লেংলক্লে।

### ঈশৈ

তপ্না তপ্না লেমজবী খোংথাংদা,
লেঙ্ঙক্লে রাধিকা নিকুঞ্জ পাংনা।
য়েত্তা ললিতা ওইদা বিশাখা (২)
পুর্ণিমা থাজগুম ময়াইদা রাধে।

খোইমুবু উরুই থোইনা হেন্না ৱাজৈ,
কালা কালা শোঙ্জে তত্তুনা নিংশিংজৈ।
তোমালগী খোইখোইবা শাথেক উবদা,
চেনশিল্লি কোঞ্জরুই (২) কৃষ্ণনি খন্দুনা।

শামুগী শাজৎনি কাংঙগী খোংথাংনি,
শরদ পুর্ণিমাবু ঙমজবী মাইথোং।
অতিয়াদা থোকপা পুর্ণিমা থাজনা,
লৈবাক্তা চৎপগুম (২) নিংথিজৈ রাধে।

শ্যামগী প্রেম ঈপাক্তা লূপলবী,
মহাভাবনা লৈতেংবী ভানুগী মমোম।
কৃষ্ণগী দর্শন ফংগনি ৱাখলদা,

মোমোন নোকচৈ, মোমোন মোমোন নোকচৈ
মাইথোং মকা লামজৈ — তপ্না তপ্না...

**ব্যাখা** — ইবেম্মা রাধানা মতা সখীশিংগা লোইন্না লেঙ্‌ঙকপদা বনগী শা উচেকশিংনা প্রকৃতি ওইবী ফজবতা মপা লৈত্রবী ইবেম্মবু উবদা মতু চুংজৈ, নুপুর খোঞ্জেল তাবদা থম্মোই ইথক হৌবনি জীব পুন্নমক। ফজৈদা ইবেম্মা রাধা, মণি কুণ্ডলা নাইন্না নাপদা তনিক তনিক হায়রকলে। চেংল খ্বাংদা কিঙ্কিনীনা ইরং লংলে নোংথাংগুম নুমিৎ মঙাল য়েবদা।

## ঈশৈ

মণি কুণ্ডলা নাইন্না নাপদা
তনিক তনিক হাইরকলে নোংথাংগুম,
চেংল খ্বাংদা কিঙ্কিনি লাকলিবী,
চরন্দা নুপুরনা নিল্লক্লে (রাধা)।

খোংথাং খুদিং লেমজবী নৌজবী,
থেক্লা নৌনা, লেংলিবী ফজবী।
বনগী শা উচেকশিং মতু চুংলে,
নুংশিবা নুপুর খোঞ্জেল তাবদা।
রুনু ঝুনু রুনু ঝুনু নিল্লিবা।

থাদোক্লক্লে খোইমু মপৈ মপৈ
থম্বাল খুদিং লৈহী চুপ্লম্বদৈ।
চুপ্লরে ইবেম্মে খোঙ্গুল খুদিং
ব্রহ্মা শিবনা ফংঙমদ্র চরণ।।

**ব্যাখা** — শ্রীমতি ইবেম্মা রাধানা সুর্য্য কুণ্ড য়ৌরক্লে, সুর্য্য দেববু খুরুমলে পঞ্চাঙ্গ প্রনাম কচ্চদুনা। অথুম অহাও পুজাগী পোৎলম পুন্নমক পুথোক্লুনা কচ্চরে সুর্য্য দেবদা।

**"ওঁ জবাকুসুম সঙ্কাশং কাস্য পেয়ং মহাদ্যুতিম্**
**ধবান্তারিং সর্ব্বপাপ ঘ্নং প্রনোদুতোহস্মি দিবাকরম্।"**

হে সুর্য্যদেব অমম্ববু ঙালহনবিরিবা, জবাকুসুমগুম্না ঙাংলবা - কাশ্যপ মুণিগী মচা নুপা, হে দিবাকর নহাকপু খুরুমজরি। পুন্নমক উবিবা খঙবিবা হে সুর্য্য নারায়ন

নংনা খঙবিয়ু রাধা ঐগী থম্মোইসে অমকপা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণতবু নিংজবিনি। ইবুংঙো মাবু দর্শন ফংহনবিয়ু নিজরি।

ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণবু উনিংবনা থিন্থদনা বৃন্দাবন রাধাকুণ্ড মাইকৈ পাংলক্লে। বৃন্দাবনগী ফজাব উবদা ইবেম্মদো কৃষ্ণ প্রেম ইনোৎ হাপলক্লে, তনিক তনিকলে থম্মোই হায়ফম খঙদে নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওরক্লে।

## দর্শন (উনবা)

রাধা কুণ্ড য়ৌরক্লে। কুণ্ড য়ৌবদা রাধা হিক্লা হিক্লা কপলে। রাধা কৃষ্ণ অনি উনরে। ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক নুংঙাইবা ঈপাক্তা তাওরে।

## আদর

লেংশিনবিয়ু ইবেম্মা রাধে। রাধে নংসে কৃষ্ণ ঐগী প্রেমগী গুরুনি, চানবিয়ু ঐবু।

## (সখী ছোন)

### ইবুংঙো ইবেম্মা অনি নুংঙাইনা ৰারী শান্নরি।

**সম্ভোগ (পুন্না ফম্মিন্নবা — আত্মা আত্মা নুংঙাইনবা)**

ইবুংঙো ইবেম্মা অনি পুন্না ফম্মিন্নরে লৈগী শর্য্যাদা। অশংবা থম্বাল অঙাংবা থম্বাল অনি পুন্না শাৎলে শ্রীকুণ্ডদা। রাধা কৃষ্ণ অনি নুমিৎ থাগুম ঙাম্থোইরে। স্নাগী উরিনা য়েৎলে তোমালদা, নোংগা নোংথাংগা তীন্নরে। যদুনাথনা লাপতক্লা পুক্লিংগী চামোর থৌগঞ্জে।

## স্বাধিন/সখীশিংগী সেবা

রতি লীলা লোইরদুনা সখীশিংনা অনিগী ফজ ফজবা ফিরোল পুরক্তুনা থোলহল্লে। কনানা ঈশিং কৎশিল্লি কনানা চামোর থৌগঞ্জে। কনানা হরি চন্দন, যা চন্দন, কস্তুরি, কুম কুম পুশিল্লক্তুনা শ্রীঅঙ্গদা থৌগঞ্জরে। কনানা মালতী পরেং অনিগী ঙক্তো পুন্না হুকচিঞ্জরে। কনানা তাম্বুল পানা কৎশিল্লে। সখীশিংগী নিংবা থুংজরে ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা নুমিৎ থাগুম য়েৎকা ওইগা ঙানবা উরগা কবি সেখরনা হায়জে ফজবা অনিবু কৈদৌঙৈদা উজগবা।

## জল কেলি

জল কেলি শান্নরি শ্রীকুণ্ড ময়াইদা
গোপীশিংগা লোইননা ঈশিং চাইননা।
চাইন চাইন শান্নরি রাধা গোবিন্দ,
খুৎকা খুৎকা চিংনৈ ন্না ন্না নোকনৈ।

ঈশিং চাইশিল্লি শ্যাম্না রাধা' মাইথোংদা,
খুৎ খন্দুনা খাঙজৈ ইবেম্মনা।
চাইশিল্লি অমুক গোপীশিংনা শ্যামদা
চিংনা চিংনা য়েংনৈ রাধা গোবিন্দ।
য়েংউ য়েংউ মুন্না য়েংউ...

নিংথিবা ইরেন্দা থম্বাল বন মনুংদা
ঙাল্লি গোবিন্দনা গোপীশিংগী ময়াইদা।
শান্নরি কৃষ্ণ শল্লুপ পুবা শামুগুম
নিংতম্না রস মখৈ পুথোক্লদুনা।

হো লাইবক ফরে শ্রীকুণ্ড নহাকসে,
অনিগী অঙ্গ গন্ধনা চুরেসে
নিংবা থুংজরে গোপীশিংগী থম্মোই,
রাধা কৃষ্ণগী নুংশিবা প্রেম উবদা।।

**ব্যাখা** — জল কেলি শান্নবা লোইন্নদুনা রাধা কৃষ্ণ অনি লেংখৎলে তোর্বান্দা সখীশিংগা লোইননা। বৃন্দা সখীনা শিঞ্জ লাংজদুনা অশেংবা ফি অমমম হোংদোকহল্লে। শ্রীরাধা গোবিন্দ অনি যোগপীঠদা লেঙশিল্লে পুমঙান ঙান্না ফম্মিন্নরে য়েৎকা ওইগা প্রকৃতি পুরুষ অনিনা।

সখীশিংনা হেকলুরে অথুম্বা উহৈতা খন্দুনা অদুগা ইবুংঙো ইবেম্মগী মাংদা স্নাগী পাত্রদা হাপ্তুনা কচ্চরে। সখীশিংগী থম্মোই উবিদুনা উহৈশিংদো রাধা গোবিন্দনা নোক্লা নোক্লা হাবিরে।

## ঈশৈ নৎত্রগা ব্যাখা/সখীশিংগী সেবা

রাধা কৃষ্ণগী থৌগল সেবাদা, সখী নিপান্না প্রেম সেবা ফংজৈ। ললিতানা পানা খুদপ লানশিল্লি বিশাখানা ফিজেৎ ফিরোন লৈতেংজৈ। চিত্রানা রঙ্গন মালা লেংদুনা হুকচৈ, চম্পকলতানা চামোর থৌগঞ্জে। তুঙ্গবিদ্যানা খুজিতান শেমজিঞ্জে. ইন্দুরেখানা লিক্লাংনচিংবা নাম্থোকচৈ। রঙ্গদেবী সুদেবীনা অৱাৎ অপা সেবানচিংবা শিঞ্জে লাঙজৈদো। অনঙ্গ মঞ্জরীনা রাধা শ্যামগী প্রেম সেবাদা থৱাই হকচাং কত্তুনা নুংগী ওইবা সেবাবু পাংথোকচৈ।

### যুগল রূপ প্রার্থনা (১)

য়েংউ ইতা রাধা শ্যামগী নিংথিবা রূপসে,
নুমিৎকা থাগা থোকমিন্নরেসে. নিংথিজরে কুঞ্জসে ইতা।

খোইখোইবা শাথেক্তা চূড়ানা লৈতেংবা
জগৎ শুমহৎপা শক্তমনিনেসে।
শ্যাম্না হেনবরা হায়ববু ইতা (২)
ইবেম্মনা হেল্লি হাইনিংইনেসে।
অমনসু হেন্দে অমনসু ৱাৎতে
য়েংবৈ পেনবা নাইদেসে ইতা।

ফজবা শকফমদা ফিজেৎনা তাংজৈসে
নুংশিদরা য়েংউ অনিগী রূপসে
মণি মুক্তাশিংসে ইমক মকশিল্লেসে
অনিগী কুচুনা হেনমনখিবনা।
স্নাগী থম্বাল — অশংবা থম্বাল,
অনি পুন্না শাৎমিন্নরেসে ইতা।

নুমিৎকী থম্বাল — থম্বালগী নুমিৎ
থাজগী নোংইন নোংইনগী থাজ

লৈরাংগী খোইমু খোইমুগী লৈরাং
শেমখ্রবা লৈপুন্নি নোংদম্বনা।
হেন্নদে হেন্নদে য়েংউঁনে ইতা
হেন্নদে হেন্নদে অনিসে ইতা।

## যুগল রূপ প্রার্থনা (২)

য়েংউ ইতা ফজরে
কুঞ্জবনসে ইনৌ নৌরে।
ঙরাং ওইখিবা ফজবদো,
ঙসিনা হেন্না ফজরেসে — য়েংউ ইতা।
প্রেমগী ইথক ইপোম হৌরক্লে
নিক্লা নিক্লা কারকলেসে। য়েংউ ইতা...

স্নাগী থম্বাল অশংবা থম্বাল
অনি পুন্না শাৎপরা ইতা।
খোইখোইরবা তোমাল পাম্বীদা
স্নাগী উর্বীনা য়েৎপার?
অশংবা চীংগী নাপোমদা
স্না লৈহাও শাৎপার?
ফুইনা হৌবা নোংলক্তা,
নোংথাংনা জগোই শাবরা?
অমনা হেন্দে অমনা রাত্তে,
অমনা অমবু লৈতেংলেসে।

## প্রার্থনা (১)

পীনবিয়ু শ্রীচরন থম্বাল,
লৌবিগনু ননাইগী ইরাল।
পাপকী লম্বী ককথৎপিয়ুগবা,
কচ্চরেনে থরাই মঙা অসে।

তাইবংশিদা পোক্লরবনিনা
নোংমদি শোয়রোই হনখিবা ঐনা।

হন্না হন্না লাকহনবিনু ঐবু,
থম্বীয়ুনে শ্রীচরণ থম্বালদা।

সংসার ইপাক লাল্লমদাই, ননাইনা
থরাইনা হকচাং খাইনরমদাইদা
উইহনবিয়ু শ্যাম নুংশিবা মুর্ত্তি।
মথেক অহুম চুড়া বাঁশী থোনবা।

উজরগা পেঞ্জগে ননাইনা
পুন্সিগী চেংজেন ওইজেগেবা।
শ্রীরাধা কৃষ্ণনাম শোঞ্জবনা,
ফিজিগী লল হিরানমন ওইজগে।

## প্রার্থনা (২)

রাধা কৃষ্ণগী শ্রীচরন্দা
কচ্চরেনে থরাই মঙাসে।
চানবিয়ুনে হে চানবিহৈব
ননাইগী ননাই ওইহনবিয়ু।

মপোক মপোক খুদিংমক্তা
চরনগী সেবা পীনবিয়ু।
পোক্লগসু তোল্ল মপোক্তা,
লৈহনবিয়ু শ্রীচরন নাক্তা।
চানবিয়ুনে হে চানবিহৈব
ননাইগী ননাই ওইহনবিয়ু।

ননাইগী অরোইবা মতম লাকপদা,
কাওহনবিনু অনিগী মিংলেন।
রাধা কৃষ্ণনাম শোঞ্জদুনা,
চর নাক্তা লৈহনবিয়ুনে।
চানবিয়ুনে হে চানবিহৈবা
ননাইগী ননাই ওইহনবিয়ু।

## মন শিক্ষা

করি খল্লি পুক্লিং হৌখরে মতম
চংজহৌ গুরুদা হংজহৌ লম্বী।
গুরু কৃপা নত্তনা করম্না খঙগনি,
মপাল নাইদ্রবা শ্রীহরিগী লীলা।

ঈমা ঈপা, ইচা ইশু অরেম্বনি,
তেল্লবা পুন্সিনি মায়াগী শকলোন্নি।
ঐগী মীগী, মাগী নঙগী ঙাংনরিবা,
লোইনা হুন্দোক্লম্নি করিসু পুরোই।

লমফাংলবা লম্বী, মাইকৈ খঙলক্ত্রবা
শুক্ল মন্নবা, কনা উরক্ত্রবা মতমদা,
শ্রীগৌর নিত্যাইনা হিরোই ওইদুনা,
লাঙ্থোকপিগনি লালঙমদ্র ঈপাক
(বৈতরনী তুরেল)।

## মন শিক্ষা

**ব্যাখা** — নিংজৌ চংজৌ শ্রীবৃন্দাবন্দা শোঞ্জৌ রাধা, কৃষ্ণগী নাম অচেৎপা পুক্লিংগা লোইননা। মীনম্বা সংসার মাঙখিগনি কোঙ্গোল তাকপগুম — তাকখিনি মিকুপ্পদা। থন্নাথক্কী লাইজগুম তিনখিগনি পুন্সি ঈপাক্তা।

## শৈরেং

চৎলো (২) পুক্লিং শ্রীবৃন্দাবন্দা,
নিতি খুদিংগী ফংজরো দর্শন।
নিকুঞ্জবন যমুনা মপান,
য়েংজরুরো তাইবংগী লান্নফম্।

পাপ চেন্দবা, মায়ানা শোক্ত্রবা,
রসগী তুংনফম জগৎকী চংজফম।
খল্লুনু অরেম্বা মায়া সংসার,
মাতনি অরেপ্পা কাওগনু পুক্লিং।

## নিত্য লীলা

ইমা ইপা ইচা ইনাও, নুংশিবা
হুন্দোক্লন্নি মায়া সংসার হকচাং।
শাগৈ নাতৈ মরুপ মপাং পুম্বা,
থাদোক্লন্নি নুংশিরবা তাইবং।
হৌখিনি পুন্সি নোংমা নোংমগী
লৈরোই কনাসু অরোইবা মতম।

তাইবং শেম্বা মপুগী কুম্মৈনি,
হৌবা লোইবা নাইদবা মহাক্নি।
পাংখকনি লৈরাংগী তেল্লা পুন্সি,
মীওই মপোক কেল্লগা লোইবনি।

## প্রার্থনা

রাশেশ্বররী শ্রীগোবিন্দ
পীনবিয়ু চরন সেবা।
মতম লৈবা খিবিক্তা
কাওহনবিনু যুগল রূপ্তো।

মপোক মপোক খুদিংদা,
পীনবিয়ু ননাই ওইবা।
চরন নাক্তা লৈহনবিয়ু
তত্তনা সেবা ফংহনবিয়ু।

বৃন্দাবন্দা পোকহনবিয়ু
যাবট্টা লৈহনবিয়ু
রাধাই, মনাই ওইহনবিয়ু
নিত্য লীলা য়াওহনবিয়ু।

থরাই মঙা কচ্চরেনে,
লৎনদনা লৌশিনবিয়ু
চরন নাক্তা লৈহনবিয়ু
তত্তনা সেবা ফংহনবিয়ু।

## কুঞ্জ আর্তি

জয় যুগল কিশ্বর আর্তি কচ্চরি,
কুঞ্জদা ব্রজ গোপীশিংনা।
স্না শেম্পাক্তা ঘী বর্ত্তি হাপ্তুনা
হন্না হন্না হাইবি মাইথোং থাজদা।

পুমঙাল ঙাক্লে পুম্নং লংলে
নুমিৎ থাজগুমলে।
উজবদা কয়া পেঞ্জে সখীশিংনা।

কনানা পুঙ য়ৈরি কনানা করতাল খিংলি
কনানা চামোর থৌগঞ্জরি।
অসিগুম্বা যুগল আরতি রসসিবু
তোল্লবা কৃষ্ণদাসনা শকচৈ।

শ্রীশ্রীরাধা কৃষ্ণগী অপরাহ্ন লীলাবু নিংশিংজবা।

### (শঙ্গারকপা লীলা)

**শ্রীরাধাং প্রাপ্তগেহাং নিজরমন কৃতে ক্লপ্তনানোপহরাং**
**সুস্নতাং রম্যবেশাং প্রিয়মুখকমলালোকপূর্নপ্রমোদাং।**

**কৃষ্ণঞ্চৈবাপরহ্নে ব্রজমনুচলিতং ধেনুবৃন্দৈবর্য়স্যোঃ,**
**শ্রীরাধালোকতৃপ্তং পিতৃমুখ-মিলিতং মাতৃমৃষ্টং স্মরমি।**

---

শ্লোকসিগী আর্থদি কাল নিপানগী লীলা অপরাহ্ন লীলাদা মথক্তা ব্যাখা তৌখ্রবনি। কাল ৭ শুবদা

---

## শ্রী নিত্যানন্দবু খুরুমজবা (মাগুব মপুবু খুরুমজবা)

তথাহি — শ্রীস্বরূপগোস্বামিকড়চায়াম্ শ্লোক

**সঙ্কর্ষণঃ কারণতোয়শায়ী গর্ভোদশায়ী চ-পয়োব্ধিশায়ী।**
**শেষশ্চ যস্যাংশকলাঃ স-নিত্যানন্দাখ্য রামঃ শরণং মমাস্তু।**

অন্বয় ঃ- সঙ্কর্ষণ — পরব্যোমদা সঙ্কর্ষণ কৌবা, কারণতোয়শায়ী — বিরজাদা মহাবিষ্ণু কৌবা, গর্ভোদয়শায়ী — ব্রহ্মাণ্ডগী মনুংদা অনিশুবা পুরুষ কৌবা, পয়োব্ধিশায়ী — ক্ষীরসমুদ্রদা শ্রীবিষ্ণু কৌবা, চ — অমসুং, শেষঃ — অনন্ত কৌবা, এতে — হায়রিবা মখোই মরি অসিনা, যস্য — শ্রীবলরামগী, অংশকালা — হংবা মথং হংবা মশক্লা ওইবনি, সঃ — শ্রীবলরামন্না পোক্লবা, নিতানন্দরাম — শ্রীনিতানন্দ রামনা, মম — ঐগী, শরনং অস্তু — চংজফম ওইবিসনু। ইতি।

অনুবাদ — সংকর্ষণ, কারণতোয়শায়ী, গর্ভোদশীয়ী, ক্ষীরোদশায়ী, অনন্ত শেয পুম্নমকসে শ্রীবলরামগী অংশনা কলানা ওইবনি। অদুগুম্বা বলরামনা পোক্লরবা শ্রীনিত্যানন্দুবু ঐনা (চংফম ওইবিসনু) খুরুমজরি।

### মমাংগী অবতারগী ৱারি

ত্রেতা যুগতা শ্রীবলরান অসে রামানুজ লক্ষমন ওইনা পোকখি। শ্রীরামচন্দ্রগী সেবাদা অঙকপা ফংনা মনাও লক্ষমন্না চাদ-থক্তনা অৱাবা থিদনা থৱাই হকচাং কণ্ডুনা শ্রীরামচন্দ্রগী সেবা তৌজখি। বিষ্ণু অবতার ওইরবা শ্রীরামনা মনাও লক্ষমনগী লমন শিংবা ওইনা লাকলিবা দ্বাপর যুগতা শ্রীকৃষ্ণগী ময়াম্বা ওইনা পোকহনগে খনখিবদগী বলরাম ওইনা পোক্লরে রামানুজ লক্ষমন্না সংকর্ষণ বলরাম কৌররে। হৌজিক কলিদা শ্রীকৃষ্ণনা গৌরাঙ্গ কৌদুনা হরি সংকীর্ত্তন শকপদা, বলরামনা ওইবা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভূনা মনাওগী মতেং পাংলরবা শ্রীনিত্যানন্দবু হন্না হন্না খুরুমজরি।

## ব্যাখা (নিত্যাইপদ)

অমৃতগী মশক ওইরবা রাধা গোবিন্দগী প্রেম
রসনা থল্লবা নিতি লীলা শকচবদা অনেম
অরাং শুর কায়খিবা অমদি রস, তাল, রাগ ভঙ্গ
ওইখিবা য়াওরবসু ঙাকপিয়ু হায়না শ্রী নিত্যানন্দগী
চরন্দা চংজরি। ইবুংঙো নংদি ঙাকপিহৈবনি
অমসুং প্রেম পীনবিয়ু।

### ঈশৈ

নিত্যাইদা চংজৌ নিত্যাইবু শোঞ্জৌ
গৌরাঙ্গগী চরণ ফংগনি শোয়রোই।
গৌর নিত্যাইনা পুশিনবিগনি
রাধা কৃষ্ণগী চরণ থম্বালদা।

অচম্বা নত্তেনে নিত্যাই অসে
প্রেম পীনবিবনি প্রেমগী মশকনি।
অচম্বা নত্তেনে। নিত্যাই অসে
থৌজাল হৈবনি ঙাকপি হৈবনি,
জগাই মধাইবু লানবিখিবনি।

অনঙ্গ মঞ্জরী কৌরম্বদো,
লোৎলি থম্মোইদা নিত্যানন্দগী।
সংকীর্ত্তন মপুসু নংনি নিত্যাই
চঙজরি ঙাকপিয়ু লানখিবা পুম্বা।
রাগ তাল রস কায়খিবা।

## সংকীর্ত্তনগী অরোইবা

খুরুমজরি শ্রীচৈতন্য নিত্যাই,
অদ্বৈত চন্দ্র গৌর ভক্ত পৃন্দা।
খুরুমজরি রূপ সনাতোণ,
ভট্ট রঘুনাথ শ্রী জীব গোস্বামি.
গোপাল ভট্ট দাস রঘুনাথ.
য়েরুবা খুদোংথিবা মাঙহনবা ঈশ্বর।
গুরু তরুক্কী নাম সংকীর্ত্তন,
শকচরি নরোত্তম দাস ঐহাক্না.
হরি শোল্লু হরি শোল্লু
রাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ।।

### শান্তিঃ মন্ত্র

ওঁ পূর্ণমদঃ পূর্ণমিদং পূর্ণ্যাৎ পূর্ণমুদচৎতে।
পূর্ণস্য পূর্ণমাদয় পূর্ণমেবাবশিষ্যতে।।

ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ।।

—ঃ লোয়রবা ঃ—

# মন শিক্ষা

কাওগনু পুক্লিং হরি মাবু।
মাতনা শেম্বা জীবগী হকচাং।
হরি মাগী সেবাদা ননাইনা,
কচ্চরে থরাই হকচাং পুক্লিং রাখল।

খোংনা চত্তুনা শ্রীধাম বৃন্দাবন
য়েংজগে মিৎনা রাস শান্নফম।
যমুনা, ঈরেল নৌকা বিলাস
গোবর্দ্ধন তময়া শঙ্গাবুং শান্নফম।

শকচরি নগুণ তোল্ল লৈয়েংনা
তাজে নাকোংনা হরিনাম মন্ত্র।
প্রেম প্রেম কৃষ্ণ প্রেম, প্রেমদা লূপ্তুনা,
থম্মোইদা লাৎচগে যুগল মূর্ত্তি।

ইখুৎশিনা তৈজবি মণি মন্দির
কচ্চরি হৈরাং লৈরাং শ্রীচরন্দা।
করি লৈজদে ননাইগী হায়ববু
কচ্চরি মিৎলু পীরাং লৌবিয়ু।

লৈজদে য়েক্লবা কনাদসু
থমজদে কল্লক মিহৌ নাপলসু।
থাদোক্তুনা য়েক্লবা তরুকমক
চংজরি চরন্দা থম্বীয়ু ঐবু।।

## মন শিক্ষা

নিংজৌ চংজৌ শ্রীবৃন্দাবন
শোঞ্জৌ রাধা কৃষ্ণগী নাম।
ঙসি ঙসি হয়েং হয়েং,
হৌখ্রে মতম তেল্ল পুন্সি।

মিনম্বা সংসার মাঙখিনি,
কোঙ্গোল তাকপগুম তাকখিনি।
থম্নাথক্কী লাইজগুম্না
তিনখিনি পুন্সি ইপাক্তা।

ইপা ইমা কনাসু লৈরোই
অরেম্বা ঙাকনি পুন্নমক।
হরি নামনা অথোইবনি,
শোল্লু তত্তনা অমৃত নাম।

হকচাংনা লেঙ ওৎপা ঙমদ্রবা,
লৈয়েংনা খৎপা ঙমদ্রবা,
থরাইনা কৌগনি হরি মাবু
মাতনা লানবিনি বৈতরনী।।

## মন শিক্ষা (নট ঈশৈদা শক্করিবা)

হরিনাম নত্তনা চংজফম লৈরোই
কলি জীববু লানবিনবা লৈরোই।
তাংলবা মপোকনি মহৈ য়ালহল্লু
মল্লবা তাইবংনি হন্থনা খল্লু।

ব্রহ্মানা মিহৌবা মীওই মপোকনি,
লাইবক ফৈদা কলি জীবগী মপোক।
হরি নাম্বু শোঞ্জবা ফংজবসে,
তোংজরবনি মপোক অসিগী।

লেম্না মাঙফদ্র নামগী মহিমা গুণ,
অমাং অতা লৈত্র অথোইবা লন্নি।
নামগী লন্না হিরানমন ওইগনি,
লানবিনি শোয়দনা লানঙমদ্র ইপাক।

হরি নামগী হিদা তোংদুনা,
রাধা নামনা নৌগী মশক ওইনা,
লানগনি তাইবং ইপাক লানঙমদ্র,
গৌর নিত্যাইনা লমজিংবিদুনা।।




হুইদ্রোম ভরত (ভূবন) সিংহ



অইবগী কোঙথবা লাইরিক ঃ ১) শ্রীকৃষ্ণ লীলা (২০১০)

২) নিত্য লীলা (২০১১)

কোঙলগদবা লাইরিক খরা ঃ ১) কংস বধ

২) মথুরা খণ্ড

৩) দ্বারকা খণ্ড